মনিপুর ষ্টেট কলা একাদেমীগী ১৯৮২ গী শেলগী মতেংনা ফোংবা



# মোরদু

মমল— লুঃ ৫'০০

অহংবী—
হবাইবম ঝাঙ্কো লেবা

অহোংবা— ইবেচাওবী দেবী
শিংজমৈ ওইনাম থিংঙেল

অহানবা খুংনম
মার্চ ১৯৮২
কপি ১,১০০

মখুম য়েকপা— কুলচন্দ্রা এম্. থেম।

লাইরিক শংকম— ইম্ফালগী লাইরিক য়োনবা ছুকানশিং

---

নমকম— খোংবাংখাম্বা প্রেস, খুরাই লমলোং কৈথেল।



শ্রীরাইখোম ৺পার্থ সিংহ

শ্রীরাইখোম ৺পার্থ সিংহ ইং ১৮৯৫ জুলাই তাং ১৬ তা পোকই। ইং ১৯৭২ দা মনিপুর সাহিত্য পরিষদনা "বাদ্য বিশারদ" হায়বা উপাধি পীবিখি। ইং ১৯৭৫ দগী ১৯৭৭ ফাওবা মনিপুর স্টেট কলা একাদমিগী ফেলোসিপ অমসুং স্কোলারসিপকী সেলেকসন কমিতিগী মেম্বরসু ওইবম্মী।

লোয়নননা ইং ১৯৭৭ তা স্টেট কলা একাদমিগী এবার্ড ফংখি। জবাহরলাল নেহরু মনিপুর ডান্স একাদমিগী ভিজিটিং গুরু অমসু ওইরম্মী। মহাক্কী অরোইবা মীকুপ ফাওবা শ্রীগোবিন্দজীগী পালা অহনবী হৌজবা ওইখি।

## য়াওবা ৱারী মচাশিং

# 'খাবল ফবী অফিংসে'

লৈশাবী মচা অমনা তফিং তফিং লাক্লগা, উর্ব্বাশীগী কাদা চংখি। মতম অদু উর্ব্বাশী মমায় মমাং ওল্লগা বাপল মরুমদা খোবকলিবা থাজবু য়েংলম্মী। লৈশাবী মচাদুনা থবায়দি য়াম্না য়াওনা কিতক তৌনা খজিক য়েংলগা হায়রকই—

"ইনেসিতোন, ঙসিদি মেরাগী পুর্ণিমা বাখিনবনি। খোইনা ইংবস্থ নত্তে, শ্রীগোবিন্দগী জগোয় য়েংলুশি।"

মনেসিতোন অদু হায়কেৎ য়েংলকই, হায়রকই— ঐদি জগোয়কা য়েংনি বা অমতা পোকতরে, চৎলরোই। ড্রাইভর লৈরবদি গাড়ী পুখো য়ানি। নখোয চৎলু।

খুপীমচাদুনা হায়রকই— গাড়ী খৌবিনবনা হেল্লা তাংখবে। কনানা খৌনি? ইনেসিতোন হেক্তা চৎসিবা?

মনেসিতোনদু ঙাইহাক খল্লগা হায়রকই— ঐদি চৎপা যাদেনে হযেং কেস অরুবা অমা লৈরে। নমান্নবা পুন্নমক গাড়ী খৌবা হৈনরে। নংস্থু খর তম্বা য়াদরা? মীনা খৌবা অস্তুম ঙাইরবদি করম্না মী ওইগনি।

"অদো হয়েংদগী তমলগে। 'নেসিতোন হয়েংগী করম্বা কেসনো?" লৈশাবী মচাদুনা হায়রকই।

মনেসিতোন্না হায়রকই— "ক্রিমিনেল কেসনি। চৎলো ঐ বাখল অমত্তা তৌখিগে।"

ক্রিমিনেল কেসতি মীহাৎ-মীপুলগী ওইবা তারে?

"অং মানি।"

লৈশাবী মচাদু ওসাইমখৈ খোংজিল মপালদা লেপলমবনি। হৌজিক্তি অনকপা সোক্তা অমদা ফমথরকলে, হায়রকই—

"কনানা কনাবু করি মরমগী হাংলিবা? 'নেসিতোন, তাইবঙ পালসিদা লৈরিবা মীওই খুদিংমক্না, অসুক কুংশি-হৈতনা লৈমিন্ন ন্নিসিবু করিগীনো? মীওইবশিংগী মরক্তা অশে-বা থম্মোইগী অচুম্বা শকতম, মশক খঙনবা ঙমলক্তবে। মপাপনা মপাপ চাজরগদবা ফজবা ওকক্রব। মীওই কয়া. ঙসিগী জগৎসিদা নখোয়গুম্বা এডভো-কেট কয়ানা মথল-মখেলগী এক্ট কয়া পানশিজুনা কনবিদুনা নবাং-থিবদগী, মীওইবগী পুন্সিবু অসুক মমল লৈহনখিদরনি।"

মনেতোনসিদু অত্তুক কল্পা লৈশাবী মচাদুনা হায়রকনি খল্লুদে। মহাক্কী ঝাঙাংদা পেন্দবা কয়া য়াওবা মাল্লি। পুন্সিবু মুন্না মশক খঙকস্থ মাল্লি। তাইবঙপালগী অবা-অনা কয়াসিদা মাগী থম্মোয় খাঙবা ঙমদবগুম তৌই। মহাক্কী পুন্সিগী ইনথংলকপগী ভাংনা ফংলবা মতমবু খাদোক্তনা, লাইনিংবী অমা ওইনা চংক্লগদরা খল্লুই।

রাপল মকমগী থাজনা ভারক্রবা লৈতনা লৈচিন-নোংকাই থাংত্রবা আকাশতা মতোমতা নীংঙাইবা লৈতনা তনিক তন্নিক্রা থোরক্লি। মনেসিতোনহু থা-থবানমিচাকপু য়েংদুনা লৈরি। য়েংকী শুনিংনা ভেবলদা খোমগা খুবাকতুনা খদাংদা শোৰি। মীংকনমহুদি হোংবা লৈতে। মালং মাসু তপ্পা তপ্পা হুমন্নকথি। থোংনাওহুগী মথক্তা য়েন্তুনা থমলিবা, পরিজাংকী লৈনম্মা ফুং-ফুং, কাহুগী নিং-থিবা হেনগাৎপগুম ভৌরি। অমুকস্থ-হুমাংগী অবাং ওইরপ্পা-লৈরিবা, লৈকোলদা শাংলিবা অঙৌবা-গুলাপলৈ কয়াস্থ মালং মাগী ওয়াঙাদা হাইনা হুয়া শাল্লজরি।

লৈশাবী মচাদুনা মনেসিতোনবু ঙাইহাক য়েংজগা হায়রকই—"ইনেসিতোন কদি খল্লিবনো?"

মনেসিতোনা খদাং শোরম্বা খুৎতুনা মমায়বু খাহক লেজগা খুমলকই— "গজা নংনা পুন্সিবু য়ায়া কুংশিনা শনুবগুম তৌবরা?"

"থনবা মতে 'নেসিতোন, ঐদি পুন্সিবু ওনখোৎনা কুজি।

মতম থরা লোইনরিঙৈ অরভবা মশেক মঙালগা লোইননা কোন-শনজনি ই ঐগী পুন্সিবু।”

মনেসিতোনহ্ গঙ্গাবু ওকলপ য়েংই হায়রবকই— মতুমক রায়া ফজবা পুন্সিগী শকতম অমনি। অত্তুবু নংদি অঙাংনিনা খঙলরোই, য়েংঙোই তাইবঙপানসিদি অঙকপনিনে। অচুম-অরান কনাসু খল্লুদে। “ঐ” হায়বা য়াহৈশিনা মাংদা থমহনা, অঙবা কয়ানা অশোনবা কয়াবু তুহৎতুনা ওসিগী সমাজ ওইরিবনি। গঙ্গা অহল ওইববা চমজবা য়াখলতনা মাগী ওইজরবা, মথোদা লাইনিং ওইজরিবা কয়াবু, চহি নৌরিবা মহা কয়ানা অচুম্বা শকতুনা অহল কয়াবু তুহৎপিবি। মসিনি ওসিফাওবগী তাইবঙপাল। অমুকম্মু, মসিদি মালেম লৈশেমডৈদগী লৈরবলবা মহৌশা কৌবী মহাক্কী খুৎশেমনি। অত্তুনা খোইনা খল্লুম্মু ইবেম্মা, নংগী ইনথৎলকলিবা পুন্সিহ্ মহুনা খাইদগী মমল য়াম্বনি। মতুদগী নংগী তুংগী ফিরেপ শেমগদৌরিবনি চেকশিল্ল। নংনা পুন্সিগী অরা-অনা থরদং খঙলম্বসে ইনেসি ওম্বোক্লা ফুংঙাইরে।

গঙ্গা মথথায় শোক্লা হায়বকই— অত্তুবু ইনেসিতোন কজাক খনবন য়াখলদগী মীগী মাংনবা তৌরকইবা। কনাগুম্বা অমগী ফংফম থোকপগী অধিকার লৈত্তুনা ফজরবা মাল-চাং, লৌরি-যুমফম-সম্পত্তি কয়া, মপুন্সিদা অমুক্তম্মু উবা ফংদনা অমদি লৈবা ফংজদনা শিখিরা মীওই কয়া অমম্মু লৈরি। অঙম তানবা মীওইবমা শিথিবা মহাক্কী-দমক য়াবিবগী মহুৎতা ফুংঙাইবা ফোংদোকলি। অমরোমমনা, ফুংতিগী চয়াগীদমক, লাইরবা কয়ানা লোং হেক ভানবগী ফুমিং তাবথাওবা থবক গুরি। অত্তুমল ওইমা ফংলকপা লেজশিং অহু, লমবেলদা হুরানবা কয়ানা তুমিন্না লৌথোকশিহ্লৌই। ফুপাহুনা লমবেলদা লাওই থক্লোই কাইনা, “লৈশা লাকথরে,- লৈশা লাকথরে।” তৌকম“খঙদনা কোইরৈ লৈহনা চেল্লি। ‘ইনেসিতোন

মতমছুদা মাগীদমক্কি হায়রছুনা কনাস্থ কনাস্থ অমত্তা চোংথোকপিরক্তে। কুম্মৈগুম য়েংছুনা অছুমক লৈনৈ। লায়রবা হায়বসিগী মিচংসে অমত্তা হেক লৈতে। নোংমগী চরাগী ফংজরকপা শেলছু লমবেলদা মাংগ্রবদা, মমায় লৈথা ওনছুনা মখোংনচিংবা মফমদা লায়রবছু অছুম চংখি। মসিস্থ মহৌশা মাগী খুৎশেমলা ?

হন্দক্কি মনেসিতোনছু তিন য়োৎথরগা স্বর অমতং শাংনা হোল্লগা হায়রকই— মানি। গঙ্গা নংগী চহি মতা ছুনা মছুফাওবা উশনবা ঙমলবা ? কালেন থাগী য়্যাংগংলবী মশক খিরবী তুরেল্লা, মফম মফম খুদিংদা ঈচেল তওনা লৈবছুগুম্না মরল লৈতবা লায়রবা মীনা তৌরকপা থবক্কী পরিং অছু মতৎ-মতৎ তৎলকই। হায়বদি তৌরুবা থবক অমতা মহৈ য়ানদে। মরল মথুম সম্পতি লৈবা মীদা মরুপ হায়বছুনা মপৈ মপৈ মখোং থোংনা লাকচৈ। মরল লৈবা মীবু মরুপ-মপাং, শাগৈ-নাতৈনা মুমিৎ চুপ্পা ইক্যোইতা কোইশিন্দুনা লৈ। মহাক্তবু জগৎতা অমদি সমাজদা ইহান-হান্না শীংথানৈ, ইকাই খুমনৈ, ঙাই শেল ওইনিংই।

গঙ্গ'; মরলতবু লৈরবদি মূর্খস্থ পণ্ডিত অছুম মওইবা য়াই। করি অমুক হায়নি, মরল মথুম সম্পতি লৈজদবা মীগী থম্মোইদা ঈচম চম্বা আশা অমা লাক্লবস্থ মছু মপুং ফানা পাংথোকপা ঙমদে। তাইবঙ মী শাদানবনা শামু অমা তোংলগা শামু অমা কাবগুম মীওইবনা লান্তনা ললগী পাম্বৈতনা অতোপ অতোপ্পা লল-থুম সম্পতি পুম্বা তানবা ফংবা য়াই।

ইনেসিতোন, গঙ্গানা হায়রকই— "মহৌশা কৌবী লাইংরেম্বীসে মীচং-মীথাই নাই হায়বসে হায়মনবা থোকতেদনা।"

মনেসিতোনছু হয়েংগী ক্রিমিনেল কেসতুগী মরমদা খনজরম-লিবনি। খঙহৌদনা অতোপ্পা বাফৈ অমদা চৎখরে। অমুক লুসনবা বারী ওইনি থল্লুদে। মনেসিতোন্না গঙ্গাদা য়েংলকই।

মতমদু গঙ্গাদি থবায় য়াওনা পাওখুম ভাইবগুম তৌরি। মমায় লৈথোক্লগা অতিয়াদা য়ে লগা হায়রকই— গঙ্গা, ইনেসিনা, হেনজিন্না খণ্ডবদি নত্তে। অদুমকপু মহৌশা কৌবী মহাক্কী মহৌশা খুৎশেমবু কিজবনা কাইদনা অদুমক শেন্নাখিবনি। তাইবঙপালসিদা লাকপদা মানা মানা তাকবা মফমদুগী মতু-ইন্না মশা মশাগী অফ-ফৎতা খাইজখিবনি।

অদুবু ইনেসিতোন, গঙ্গানা হায়রকই— "কবিগুম্বা‥‥‥।" "উর্ব্বাশী" কনানো অননা মরক থৎলকই। নংবু করি তৌরিবগে? গোবিন্দগী জগোয় ভাইহাক য়ে লুসিন্না। ভা না ভা না অহল ওইববী মুপী অমা চংলকই। অমুবস্তু হাযবকই - "গঙ্গা নস্তু লৈরমলি?"

"ইন্দোল মাস্ত জগোয পুবিযু হায়রমলিবা।" উর্ব্বাশীনা খুমলকই।

"অদু ভাইহাক খুকমলুসি লান্দনা।" মন্দোলনা হায়রকই। উর্ব্বাশী স্বর অমতং শা না হোল্লগা খুমলকই— "ইন্দোল ঐ চংলরোই। গাডী পুবিখো, থাওস্ত ভসাই লিটর ১০ হাপলকপনি।"

মন্দোলনা হায়বকই— "অদুবু থৌবিনববু কনানো হাযবা?" মুপা হায়বা জাৎতু অমতবু হল্লক্তরে। মানা মানা থোকপা পঙচৎতা চৎনখরে। ঐথোয়দি অহল ওইরবনিনা লাই-তিন খুকম্বা নস্তনদি করম্না মতম লেগনি?"

"ইন্দোল মখা থংবগী থোইববু খরা হায়বিয়ু। য়াম্না কবনি, শোইদনা য়ারকনি।" উর্ব্বাশীনা হায়খি।

মন্দোলনা হায়রকই— "চৎলো গঙ্গা নং খরা হায়রুচো থেংখরে।"

পুম্নমক চৎথরে। উর্ব্বাশী মমাংদা ফাইল ফাক্লগা করিনো য়েংলি। মপালদগী পাইশিল্লকলিবা পারিজাৎকী লৈনম্না মাগী রিডিংদা অকাইবা শীবগুম তৌবনা, মমায় খজিক য়েংখৎলকই।

করিগুম্বা থরা নিংশিংলকপগুম তৌবরা থম্মোয় শোক্লা হায়রকই— "ইংলবা মেরাগী থাবলসিগী মঙালদা হে পরিজাৎ ন'না শাৎপসিদি কয়াগী মতিক ফঙ্গরিবা! মতম অমদ যুমশিদা লাকপা নৌজ-রিডৈ, লৈরাং ন,বু ঐনা থাখিবনি। ঙসিসু ন,দি অমুমক লৈশাৎ তমলিদকো। হেমন্ত থা অমদা নংনা অমুক কেল্লবসু, বসন্ত থা লাক্লবদা নংদি অমুক লৈশাৎ তমলখিনি। ৱাকচিংগী উম্না লৈনা কংলবসু, য়েনিং থা অমদা অমুক লৈরাংগী লৈনা চোংলখিনি। ঐগী পুন্সিদি, ঐনা খঙজরকপদগী নাকেন থাতা ওইখরে। লৈরাং পবিজাৎ নংসে লৈরাগী মপোক্তা পোকলুবনা কয়াদা নরাইবক ফগ্রবা। লৈকোল গুলাপ কযাসু ইংনা মেলবা মঙালসিদা হাইনা হুম্না মালং তাম্বা ভুংইম্না লৈনা জগোয় শাঙবিবা। ঐনা মীওইবগী মরক্তা পোকলুবনা ঙসি কয়াদা অবাবা ঈপাকসিদা তারবা। নখোয়গী য়েম্নিং থাদি তত্তনা লাকই। মীওইবগী য়েম্নি থাদি অমুক্লা লোইখরে।" মাগী অতৎপা লৈত্রবা পিশি হুনা তপ তপ লাইরিক মথক্তুদা তারি।

মফম ইখঙ খঙহৌদনা খোঙ্গেল অমা তারকই। "উর্ব্বাশী করি তৌরে? হন্দকী বেসসে নংনা ঙম্নবা হোৎনগদবনি। নং-ঐ পিশক পিকলিডৈগী মরুপনি। ঙসি ঐহাক পৈশা অমত্তগীসু মপু ওইদরে। অছুবু চীংনগসু ঐগীসে অরানবদি নত্তে, অচুমবনিকো। ইয়াম্ববু মরম লৈতনা মানা হাৎলমলগা অতোপ্পদা ময়ুম পানথিবা। অমুকসু ঐগী সুপীবু ভাওহুনা চৎহনবা। ইথাদগী ইচাম্নুপাবু মুন্দুনা পুথ্রগা মফম খঙদনা মাংহনগ্রবা। ঐবুনা পাক্লবা ঈপাকী ইথক-ইপোম কল্লবা ঈচেলদা, চৈঙাক য়াওদনা হি হোলহনবা। হিমায় চুম্বা ঙমদে। উর্ব্বাশী অকনবা মুংশিৎকী শাফুদা, হিনা কোইতাও তাওহুনা চৎচবা মশানা তাজবা নত্রা? নংনা ঐবু হম্বা মীৎয়েংনা য়েংলিবরা য়েংদবরা, ঐ করিমত্তা খঙদে। খঙনবসু হোৎনররোই থল্লবা মতমসু লৈতে।

নংগী নফমদা পুন্সিগী ওইনা অমুক ঙাংপ্ররোই হায়না খন-প্রবনি। অদুবু ঙসিদি, উর্ব্বাশী পুন্সিগী বাশক কাইদুনা নফমদা হাযজরিবসিনি। নংস্থ খঙলিবা নত্রা? ঐগী বারীসে অচুম্বনি হায়বা। অচুম্বগী মফমদদি থোইনা হেন্না নংনা মাই পাকনি। নংগী পুন্সিগী অশেংবা শকতম, ঐ নিংথিনা খঙলবনি। ঐ খঙই, নংনা ঐগীদমক শোইদনা য়াইফনবা হোৎনগনি। ঐ চাওথোকনা হায়বা ঙম্মী, হয়েংগী কেসসে নংনা শোইদনা মাই পাকপা ওইগনি।”

থুপা অদু খোঞ্জেল নিকপগুম তৌরকই। মখা তানা হায়-নকই— অদুবু উর্ব্বাশী, ঙসি নঙোন্দা করি পিরমগনি? ঐগীনি হাযবা অরেপ্পা মশক নাইবা করিগুম্বা পোৎ অমত্তা লৈতরে। মতম অমদদি লৈরম্মী, ঐগী পুন্সিসে নংগী ওইনা লৈরগে হায়দুনা। উর্ব্বাশী মতুস্থ লাইবক্তা তমলমদরে। নংনা ঙসি ঐগীদমক তৌবি-গদৌরিবসে অমুক কাওগদবদি মরৈতরে। চৎলে ঙসি ঐহাক, নখোয় পুম্নমকপু থাদোকতুনা। মতম অমদা নং, ঐ, তাদা, ইতৈমা, ঐগী ইচা অমদি ঐগী মুপী, পুম্নমক মিত্রংগী ড্রামা ওইরম্লে। ড্রামাদুদা অরাবা শরুকতু ঐগীতা ওইবম্মী।

ওক্রে, ঙসিদি থাদোকলগে, অদুগুম্বা মিত্রংগী ড্রামাদু। ঈরোল-মুংদা লেমলৈনা বা ঙাংগে তৌবদা, লাইজ ঈশিংনা পনবগুম ঐস্থ ঙাংথোকপদি ঙমদরে। অচুম-অরান অনিগী মরক্তা লেপ্পা বারে।

ফরে ঐগী বাসি তোকলসি, নংদি মুংঙাইরিচনা? উর্ব্বাশী বা অমতংদি পনগেকো। সত্যাজিৎ ঙসি চৎপ্রেদনা, ঐস্থ চৎলে। পুন্সিসে লুনা থল্লুহু, ঙাইহাক্কী ওইবা পুন্সিনি, নচা অনিদু য়াই-ফনবা ঈশ্বরদা তৎতনা নিজৌ। নংগী ইমা শক্লা নাওকোল্লীবি ননেমসিজবু লুনা নিংথিনা সেবা তৌবীয়্। মতুনা নংগী য়াইফবা ওইগনি। উর্ব্বাশী, ঐঙোন্দা নাইতোম তাবগী শকতম অমা ঙসি লাকলিবসে, ঐনা নংবু মুংশিবগী থুদম ওইরমালে। অদুবু নংবু

হেক ঐগী ওইনা নিংশিংবা অমদি খনবা তারবদি ঐ শোইদ৹ পাপ পুগনি। চৈঙাক য়াওদনা তোল্লিবা হিনি ঐগীসে। মালংগী ঈ৲াম অমদি ঈথৎনা পুবা মফমদা, ঐ অস্থম চৎপা তাবনি। কংফাল কংগ্রিবফাওবা, ঐ অস্থম তাওথখিনি। উর্ব্বাশী কাইনবসিনা পুন্সিগী অশেংবা শকতম ওইরমালে। ঐ চৎলে।"

উর্ব্বাশী ঙকখি। করম্না মফমসিদা লাকল৹লিবা, অমুকস্থু কৌসিরা খনখি, অহুবু মীৎকুপতা মাংখি। শ্বব অন শ। না হোল্লগা অমুক ফমথখি। থাবলগী মঙালদা মমি-শামি ও৹ টহৌই শকফ৹ঠু শাংলবা মশম, কাইনবা অৱাবা কয়ানা কাহংলবা, ৹েক মহাও থোকত্রবা মকশিল্লবা মাগী মাইথো৲। মতম কু৹না চাকম-থকফম খঙলকতবদগী শোকচিল্লবা হকচাং।

নি শিংলকই উর্ব্বাশী, মুপী ওইবীগী পুকচেলনি হায়হুনা মরিক অমফাওবা পকত্রবা মাগী মতৈমগী নোক্লা ৱাহৈ, কবেয়৹া মীৈক, ফনা কুইনা তকশিল্লবা মতু৲দা নো৲মা হায়দোরকখি।

কোলেজ তমলিঙৈদনি। ময়াম্না মহাকপু কান৹ ০৲নবগী কোইথি থিনরকপদা কেম্পসকী মতাই ওইরপ৷ ৲াবা হৈনৌ পাম্বী ৱথোংদা মপী তানা কপলম্বহু। মখোয় ময়াম্না অচিকপদা কৱি ৱাথলনো ভুমিন, চংহুনা হংলুই। মাগী পিছু তৈথোকপা নঙহৌদবগুম মমায় ফৎ লৈথোকপ্রগা খুমলকই— "ঐ কোক চীকলে। নখোয় চৎলো। ঐ ইতোমতা অমুক্তা ফমজহৌখিগে।"

এ! কদাইদগী য়াগদগে। মুপানবু কোক চীক্লগা পি তানা কপ্পা ঙম্বা ওনথোক্লা পাংখিদৱে। লাকও কোফি কোং কোং শাবা অমা থকলগা অহুম ফজখিনি।" মাবু নমহুনা চীংহুনা কানটিন তাপ্না অঙাং মচাদোনা পুৱকখি। মতমহুগী মাগী পুন্সিগী ফিজম অমা হোংখি হায়বসে উর্ব্বাশীনা থরমখৈদি খঙখিবনি।

বিঃ এঃ গী পরিক্ষা লোইবা মুমিত্তা মথ্থায় শোক্লা তমখি।

"উর্ব্ব'শী, ইতৈমগী লমচৎসে ওনখোক্লা পেনখিদবে।"
মতমদুদা উর্ব্বাশীনা হায়খি— "করিগীনো ইতৈমদু লৌবা মতমদা নহাক্লা হেন্না মুংঙাইবা ফোংদোকখিবদাইনে?" মুপাদুনা মথ্বার শোক্লা খুমলকখি— "উম; থোইনা মু ঙাইখ। উর্ব্বাশী, নিং-লম্বগা তৌথোরকপগা অনিগী খেৎনবা য়াম্না লৈ। নংসু খঙলিবা নত্রা? অদুবু ঙসিদি ইচিল-ইনাওগী মরক্তা লৈরম্বা মুংশিনবগী লংলা অদু তৎপ্রগদবগুম করিগুম্বদা হেক হেক তৌরকই। পুক্লিংসে অকিবনা লাকহৎখি। ইমা ইপা লৈজদ্রবা ঐথোয়বু ইরেন্না ঙাকপি শেনবিগদবা খল্লমবনি। অদুবু মানা অকিবা হাযবদো ঐথোয়গীদা অমত্তা লৈতে। থোইদোক্লা মুপী অমা ওইবগী গুণ কয়াদু, মাগী মফমদদি, অমত্তা লৈতবগুম তৌই। উর্ব্বাশী কৈদৌরুনি, হৌরক-পগা লোইশিল্লবা পুন্সিসনা অমুক হিংলুবগী। কনাগী মফমদা থাকৎ অমতসু থমগ্ররোই। তাবিনবসু লৈতে।

নিংঙমদবগী স্বব অমা শা না হোন্দোক্লগা অমুকসু হায়রকই— নহানমুক্কী মপোক্তা ঐনা তৌজরকপনা হন্দক মপোকসিদা ফংজর-বনি। উর্ব্বাশী নংদি অসিগুম্বা মুপীসে থক ওইগনুকো। পুন্সি হায়বদো অসি ওইরেকো। ঐগী ইমা অমদি পাজিনা য়াম্না পিক্লা ঐবু হুনদোকপিরম্মী। শেগাইরবা খাঙপোক মমুংদা ইয়াম্বগী মুংশিবা মিৎয়েং মথাদা ঐনা চাওরকখি। য়েংলু য়েংলুবা খুদিংদা অৱাৎপতনা থল্লবা স সারসে, ইচিল-ইনাওনা করিসু লৈতনা থনখি।

অহাংবা মালংদা ঙাইহাক য়েংলুবগা হায়রকই—
"ঙসিদি চাক চারক্তে।"
"করিগী?" উর্ব্বাশীনা ঙক্লা হায়বকখি।
তপ্পপা খুমলকখি— "থোংবিনবা লৈতবা।"
করেম্মনা উর্ব্বাশীনা হায়রকখি— "নংনা ইতৈমা লাক্লগা চাকসু থোংলরোই, ফি-রোল শুররোই, ঐগী খরচসু চাওরনি সিনেমা

তোইনা য়েংলনি। কাওদরি ইবুঙো ঙরাংদনে। অমুক থুনা মন্দা হনবা ঙম্মতেদা।

অমুকসু নিংঙমদনা হায়রকই— "উর্বাশী পুন্সিসিবু কদাইদা মুংঙাইরিবা ?" মাগী মতৌদুদা উর্বাশী ময়া ইাথ খিগংখি। অমুকসু মখোল থোক্লা নোকে ঙোংনকই। অদুবু থংনবা মীংকুপতা মহাক নোকপা ঙমখিদে। মতমদুদা উর্বাশী পি তানা কপ্পদি তৌখিদে। থম্মোইদদি মুংঙাইতগী ইথিল অমা তংতনা কাওখি।

নোংমসু, ইঙেন থানি। উর্বাশী হকচক লাংবা ওইনা পুখ্রীগী সিড়িদা ফমখি। মাল গী শন্তমদা খাংবা চমক্রবী লৈথোক লোইরবী লৈরাং খাগি-লৈহাওনা নিংঙাইবা লৈংনা লাইজথক্তা পোপ পোপ তারি। অয়োকপা ঙাশি না চবুন চবুন ঈরোলন্দা চারি। চেক্লালক্তসু তিন্দ্রবী, পোম্বৈলক্তসু তেংগলবী, হরি মানবী থোক্লেলনা শো লি হবি মুংনাং, অরেপ্পা লৈত নি নিং। মপাং কনা কাইন-হুনা অমুক হৌনা, থম্মোয় শোক্লা খো লিবা।

কোরৌগী মঙালদা হাইনা হুম্না শান্নজবী থম্বালস্থ মঙালনদি ফংলক্তা, অমম্বা মানসু লাকত্রিঙৈ শাৎসি শাংঙমদে, পোমসি পোমঙমদে, বানা খাঙলি লাইজথকসিদা। থাজগী চান্নবী থারিকথা হরাও মোমোন তৌজরি, কোরৌগী মঙালনা শামখিবদা।

য়েংলি উর্বাশী নিংঙাইবা লৈতনা পুখ্রীগী দশাহু। অমুকসু মিংকী পিহু লাইজথক্তা পোপ পোপ তারি। পিন্নবা মিংকী পিহুনা তিনশ্রি পুখ্রীগী অচৌবা ঈপাক্তুদা।

"উর্বাশী অহাবগী মথক্তা অবাবা অমা অমুক হাপলরে। সত্যজিৎপু অমুক হন্না অবাবা পীবনু। নংগী পুন্সিহু মহাক্কী ওই-হনখরো। মহুক্তদা মানা পেনজবা ওইবগনি। মতম অমগী লংলা অহু তংলে। শমজিনবা তাববসু কিসি লৈরনি। কিসি লৈবা লংলানদি থম্মোইগী অশেংবা মশক খঙলরোই। মিংকুপসিদগী,

হৌথিবা পুন্সিবু কাওথোকথরো। লাকলিবা পুন্সিদু চেৎনা-চাল্লা লোইনৌ, ওসিদি ঐ কনাগুম্বী অমবু লুহোংলে।"

"ইবেম্মা, উর্ব্বাশী উর্ব্বাশী। নংবু উইরবরা, হা? কব্বি তৌরিবগে?" ভাংনা ভাংনা চহি ৬৫ রোম শুরবী অহল অমনা হিদাকফু মচা অমা চিংল-চিংলদুনা উর্ব্বাশীগী কাদা চংলকই। উর্ব্বাশী মমাংদদি ফাইল ফাকলি। মমিৎনা অহাংবা মালংদা য়েংলি॥ "উর্ব্বাশী" হায়বা থোঞ্জেলদু তাবদা নিংশিংবগী মংলান কাইথিবগুম তৌথি। অহল অদু য়াম্না নক্না উর্ব্বাশীগী নাক্তা চংশিল্লরুগা হায়-রকই— "নংবু করি খল্লিবনো?"

উর্ব্বাশী মমায় লৈথোরকই। স্বর অমা শাংনা হোল্লগা খুম-লকই— "ইমাসি করিবু খল্লুগবনো।"

অহল— "লাওনে, থাবলসে য়াম্না ফরি। ভাইহাক হকচিক লাংল্লুসি, লাকও লাকও।" হিদাকফু মখোল থোক্না চিংলদুনা থোকখি।

উর্ব্বাশী অহলদুগী মতুং ইন্দুনা থোকখি। ইল্লিবা ফি মচি অমনা মমায়দু অমুক অনিরক্তং নানথোকখি। মরাং হৌরবা থম্মোইবু থেমজিল্লগা তপ্না হায়রকই— "ইমাসি গোবিন্দগী জগোয় য়েংবা লেংগ্রবদি করি তৌরবগে?"

অহল— "গোবিন্দা খুরুমনিংবনি। অদুবু চৎত্রে। করিবু তৌরুগবনো মুপীমচা।" নিংবা কাইবগী থোম্মোক্নি।

উর্ব্বাশী করিগী হংলুরিবনো খনখি। তপ্না অমুক হায়রকই— "ইমাসি নিংথেম ময়ুমগী ইথোনা বৃন্দাবন চৎপসি ইমাসিবু লেংগ-দবা হংলকই।"

অহল— "উম। মুপীমচা ইনা চৎকে। ইবেম্মা, শ্রীবৃন্দাবন্দা ইমাগী অরেম্বা পুক্সিসে লেল্লুরগে। অদুগনে ঐনা হয়েং লৈত্রবা মতুংদা ঐগী মোংকম মথক্তা মন্দির অমতংদি কংলকই।

উৰ্ব্বাশী— ইমাসি লম অথাপ্পদা করিগী মন্দির কৎলুনি। মফমতুদা কনানা সেবা চৎপিনি। ইমিৎনা উবা মফমসিদা কৎলগা লোইরেদনা। মফমসিদা কৎলবদি হয়েং নগুশিংনা থোরকলগা নিতিগী সেবা চৎহনবা য়াইদনা।

- অহল— ইমাইপেম, ওইররোই ওইববোই।

উৰ্ব্বাশী— ইমাশি কবিগী ওইদনি। মহৈ তম্বা লোইরগা মাবু করি তৌদৌরিবনো? মহাক্কী মথৌশিংগী মনুংদা মন্দিবগী সেবাসু অমা ওইহনগনি।

অহল— ফরেনে। ঙাইথো হন্দক্কী থা অাস শিরগা পানখৎ-লকপা ৫নি পানবদা, নংগী ইমাগী চহিগী দিন তাবনি। লাই-তিনগী থবক্তি নিংথিনা মচু তানা কৎকদবনি।

উৰ্ব্বাশী— ইমাশি, বামোনদা চেং মেরুপ মঙাদং কৎলসিরা খল্লিবা।

অহল— এ, কদাইদগী মতু যাবা নগে, উৰ্ব্বাশী। ঐদিনে নংবু সুকপাম হেক পামদবনি অশেংবা। সত্যাজিৎতা তৎতনা ঙাংথিবনি। ইবুংঙো ইমাদি পামজদে, নংগা মু শিনৰিবদো। মুপীনা উকিল ওইবা, মীনম্বা ঙাংবা। মাইনে পামজদে, মতু হেক পুরক-পদা নংনা থোকপা তৌজখোকো। মমৌদা খজিক লৈশিল্লগা অমুকসু হায়রকই। মুপীমচা, জিৎনা মকোক ঙাওথিবনি।

অতুবু নংবু লুহোংলবা মতুংদা নংগী অশেংবা শবতম খ লক্লে। অমরোমদনা ইচল ইবেম্মনা কযাদা ওনথোক্লা ময়েক শেংলমলে। মানা নোংমা হায়খিবদো, ঐবু ঙসিফাওবা কাওদরি। উৰ্ব্বাশী তাওনে ইনেম তমগে, নংসু হয়েং নয়া নমৌ লোইনবক্কনি।

"ইনমসি মপোকতৈগী পুংপাং শুনা নাওকোল্লকত্রবীনি। ঐগী ইফমদা নাওথি শাজবা অমদি কেজবা নত্তনা কনাগী মফমদগী মিনুংশি হায়বদো ফংদ্রবীনি।

ঙসিদি ইনমশিগী য়ুংদা চৎখরে। নপুৎ চানবা ৱারকপিয়ু। লৈকায়দা চংশোকখনগনু। ইপুংগী নত্রগা শাগৈগী মরমদা করিগুম্বা নমৌনা মী ঙান্দা ৱাৱা শারে হায়বা খঙলবদি ইনমসি মাবু ফুবিয়ু, চৈবিয়ু, ঙাংবিয়ু মতুংদা অমুক তৌদনবা। ইনমসি ঐনা নাম হাংনা য়োকপানিনা, নমৌগী হাংশোইবা করা উগনি। মতু ঐগী ইরাল ওই-গনি, মরমদি ঐনা মতম চানা মাবু তাকপি-তিকপিহৌদবনা ওইরি-বনি। ঙাকাপনসে ঐবুসু য়াওদৌরিমাংলেদ। লাই-ভিনগী থবকসু করিমত্তা হৈতবনি ইনমশিনা তেক পোকচবা নচামক্কি খল্লা মাবু ওকতা শিংদা কনাহ ৱারংাপ কো। ঐদি খারিকাদ, উর্ব্বাশীগী নপাবুংনা লৈরম্বা লম মচেৎতুদা লৈরুরগে। মাগীদমক ঐনা ৱারানি। হৌজিক্কি অৱাবশিংহু কোক্লে। মাসু মপুরোইবা অমা ফংজরেদনা। ইনমসিনা নমৌসে পামদে হায়বা ঐসু খঙবনি। অদুবু নজাইবুং-ঙোনদি পুহনা চৎখরবদ ঐগী উপাই লৈখিদবনি। খুরুমজনা হায়-জরি, নমৌগে হলহনবিরক্কসু; মাগী য়ুমথুংফম অমুক লৈতে। ঐ অমদি ঐগী য়ুমবু থাদোক্তুনা মহাক চৎত্রবনি”।

উর্ব্বাশী। অদুগুমলবা নুপী অমা নংন ইমা অমা ওইনা ফংজবা, কয়াদা নরাইবক ফত্রবা। উর্ব্বাশী তুমন তারি। হৌথিবা ৱাখল অমতং নিংশিংবদা থম্মোই কাইরবা ঙাক্তনি। অদুবু ঙসি মিকুপশিদা, মাদি ঙম্না লোইনা নিংশিংহল্লে। পুক্নিং হকচাং হিক-থরক্লে। থম্মোই মচেৎ তারক্লে। অহানবদদি পি তানা কপলম্মী। অদুবু হৌজিক্কি পিসু তাখিদরে। থম্মোইনুংদদি হিক্লা কপলি।

অমুকসু মমানা চৎলমদাইদা মচান্নুপীবু নুংশিনা নাল্লগা হায়-রম্মী—উর্ব্বাশী নুপী ওইবীগী পুন্সিদি অসি ঙাক্তনি। ননেমনকু অমদি নপুরোইবগী সেবা নিংথিনা তৌগদবনি। ননেমবু ইমামক্কি খনগদবনি। মানা ঙাংবা কয়া খক শাওরোইদবনি। ওকতা শিংদা নংবু তাকপিবনি খনগদবনি।

নচল, ননম্মা, কৈরোই লৈকাই যুমল্লোম্নবা মুংশিনা লোইনগদবনি। শাগৈগী অমদি লেকাইগী রাতানফম ওইবা মীশক অমা ওইহল্লু। মুপী ওইবীগী পুক্নিং ঙাকপিবনা লৈত্তেং ওইগদবনি।

ইবেমা ইমা চৎলগে। মুংঙাই য়াইফ, তেক্তা কাইদনা পাললুকো। ঈশ্বরবু কাওগনু, মতম লৈবখিবিক্ত, অচুম্বা চৎলু, অচুম্বা ঙাংঙু। নংবু কনানসু নমথবা ঙমলোই।

উর্ব্বাশী শকফম হনজিনখি। স্বব তোয়না হোল্লকই। হায়রকই— "ইমাসি ঙসিসি মেরাগী পুর্নিমানিকো?"

অহলত্থনা ঙকতক্লা হায়রকই— "মানি মী লোইনা পুর্নিমাগী জগোয় য়েংবা চৎখরে হায়না নংসু হায়বদায়নে?"

উর্ব্বাশী মথন্তা থনজখি। চহি মঙাগী মনাংগী হৌখিবা "মেরাগী পুর্নিমা" অমদনি।

"উর্ব্বাশী, ঙসি নযনাদগী কাইননবা বিদায় লৌবা লাক্লিবনি"।
অত্থুগা ঙাসনা অমুক "ঙব্ব শী নংবু উন্নবা লাক্লিবনি"।

থাজসু অসুম অসুম হায়গৎলকলি। লৈচিল নোংফাই থাংদ্রবা অতিযাদা, নিক নিক লাওনা লুপা মহিগুম থোকলি। মী চিকলবা মতমত্থুদাদ অঙৌবা গুলাপকী লৈকোন্দা পাইরকপা খোইমুশিংনা ঙংবগী মখোলসু তারক্লে।

উর্ব্বাশী ঙসি অমুক নৌহৌনা কনাগী রাখলনো মানা খল্লিবা। মথং মথং মমিৎতা অসুম উরকই। সত্যাজিৎনা মাবু কয়ামুক মুংশিনা খনবিবা। অমরোমদনা মাগী অঙাং ওইবিরৈগী মকুপ অমা ঙসিদি কয়াদা নক্লা অমুক লৈরবা। পিশীক পিক্লিরৈগী মচিনমনাওদা লেনজরকপা পুন্সি, অবাৎপা অমদি অরাবা কয়ানা লৈত্তেং ওইত্থনা হিংজরকলবা। অফ-ফত্ত কয়াদা তাথোক-তাশিন তৌত্থনা লেনমিন্নরক্লবা, মচিন-মনাওগী পুন্সিদি নপাক নপাক তাহনরবা। অমুকসু মফম ইথঙ-থঙহৌদনা ময়াম্বনা সংসার থাদোকখিবা, মচা কাইনবা মুপী কাইনবা। অঙাওবগুম কোইনা কোচৎ চৎলিবা, মুমিৎনা তারগা ময়ুম চৎখি। অহাংবা য়ুমত্থনা মঙোন্দা অমুকা

হেন্না অরাবা পিবগুম তৌবরা। মপাক অমুক পিক্লবা য়ুমত্থদা চং-শিনদরে। কৈথেল মী য়াম্না তাবা মযমদা অহিং-মুংথিল নাইদন্না লৈরবা পুন্সিনি মহাক্কী।

অমুকস্থ। উর্ব্বাশী, নংবু ঐগী ওইজবা ফংবসিদা কয়াদা মু ডাইজরবা। নং ইমাবু পেলহনবদি ঙমগনিদনা? ইমাগী অনিংবা অমদি অপাম্বা করিনো হাযবসে নং থরা থরা অহাংবা মতমদা খনগদবনি। ইমাগা নংগা য়ান্নদরবদি পিক্লবা ঐথোয়গী ইমুংসিদা মু চাহবা হাযবত্থ অমুব লৈবরোই। নত্তে নঙোন্দা অমুক তাকপগী দবক ক ... ন এডভোকেট অমা ওইরবনি। অত্থগনে উর্ব্বাশী অহনগী ... বাহল ডাক্তকলবস্থ নংনা এক্তকা পান্দুনা ফৈ-যত্তে তৌববদি, মত্থনা ... গী ফজবা বয়া মাংগনি। ঐগী ইমাদা নং হাকং কয়া তৌবা য়াংরাইকো। কনাগুম্বদা নংনা ইমাগী বারী শারমলবা উর্ব্বাশী নং ঐগী মরি শোইদনা তৎকনি। মতমত্থ ঐবু ফত্তে হাযগন্নুকো।”

উর্ব্বাশী শাওথিদে থজিক নোকখি, অত্থগা তপ্না খুমলকই—“ঐবু য়াম্না থৎনগনবী অমা ওইনা উরবরা?”

সত্যাজিৎস্থ নোকখিনা হায়রকই— “উদেদা, হয়েংবাই উরক্ক দরা নি শিংহৌবগী বানি। অত্থগনে, থৎনরক্কনি হায়ত্থনা তুমিন তুমিন স্নুরু স্নুরু নৈশিনত্থনা লৈবত্থ মত্থনা হেন্না পানদে। ইমাগা নংগা মু ঙাইনদবা উরবদি, ঐদি থাঙবা ঙমলোই। পুম্নমকসে নং ভাব তাবেদনা। মসিদগী হায়বা ইন্দ্রবদি নং অা দ্বারিকা তান্না থিল্লে থঙলবরা?”

উর্ব্বাশী মাইথোং লুকথত্থনা অত্থমক লৈরি। হায়ফেৎ য়েংলগা অমুকস্থ সত্যাজিৎনা হায়রকই— “নংবু শাওরবরা? য়েংঙোই।” মথদাংত্থ পাইরগা হাইগৎপিরি।

উর্ব্বাশী মাইথোংত্থ অমুক লুকথখি। তপ্না খুমলকই— “নহাক্কী

ইমাদি ঐগীসু ইমানি। ঐগী ইমানা ঙসি ঐবু থাদোকপিবমলে। ঐগী অনিশুবা ইমাসিবু পেন্নবা অমদি মগাক্কী মনিং থু নবা শোইদনা হোৎনগনি।"

সত্যাজিৎ থোইনা পেনখি। উর্ব্বাশীবু পুন্সিসিমগী ৎৎন-থান লৈরোইদবগুম খনজখি। মতমদু কযাদা মু শিনা অমদি মুংঙাইনা লেনজখরবা পুন্সিনো।

মমাসিনা উর্ব্বাশীবু য়েংলগা কৌবকই— "উর্ব্বাশী উর্ব্বাশী।"

উর্ব্বাশী, মীৎয়েংদো লৈখাদা ওনথবকই। ৎম্ন খুমলকই — "ইমাসি।"

"করি খল্লিবনো?"

মাইথোংদু অতুমক লুকথরি। পুম্নমক লোৎশিল্লগা হায়রকই— "মানসু ঐবু থাদোকপিরমলে। ইমাসিনসু অমুক থাদোকপিবমলে-বদি, ঐদি কনাগা লৈগনি? নশু অনিদু থারকপফ ওবদা ইমাসি মতম খরা ঐথোয়বু কোনবিখো। নশু অনিবু নাদ-য়েনওবা মঙ্গল অশির্ব্বাদ পিবিরমখো।"

উর্ব্বাশী ঙসাইমখৈ মিৎকী পি তারমদে। তৌজিক্তি অরেপ্পা লৈতনা চেনথরকলে। মশামক্তা মাৎকোনজরবী মনেমসিজনা য়েংবা ঙমদ্রমালে হায়রকই— "উর্ব্বাশী, ইনেম কৈদা চংলবোই। নবু অমুক থাদোক্লরোই। ইশু অনিবু কোল্লনি।

গোবিন্দা থুরুম্বা চৎখিবা ময়াম হন্নরক্লে। উর্ব্বাশী অতুমক কমলি। মমাসি মতৌ য়েংবা ঙমদ্রমালে, তুমিন চংখরে। থাজসু কনা হাইগৎলে, মন্দোলনা থোরবলগা হায়রকই—

"ইবেম্মা চংলসি।"

উর্ব্বাশী,— "ইন্দোল" হায়রম্লগা তুমিন অমুক লৈখি।

মন্দোলনা হায়রকই— "উর্ব্বাশী করি খল্লিবনো? নচা অনিবু পুন্সি তোলোইবা, য়াইফবা অতুতনি খনগদবা। নপুরোইবা

সত্যাজিৎ ওসি চৎখরে, মহৌশা মাগী খুৎশেমনি। করিগী অত্থক থম্মোই হিক্লা খাংলি ইবেম্মা।"

উর্বশী মখোল থোক্লা কপ্লকলে, হায়রকই— "ইন্দোল কহ্বা কনাগী রাখল অমদি মৈচাকপুনো এনা ওসি পুগদবা। লোইনা ওম্না মাংদা লৈরয়ে। ইন্দোল ঐ হিংনিংলক্রে।"

মন্দোদরীনা তম্না বাববা থম্মোইবু ফাখত্থনা হায়রকই— "হাই-হৈদে ইবেম্মা, হৌনবনি তাইবঙপালগী। মীওইবগী পুন্সিদি, কাই-নবনা য়ুমফম ওইনরিবনি জগৎসে থম্মোই অত্থু কাইহন্নুগন্থু, নংগী মিৎকপ মীরাওনা নিলহন্নহু ওসিগী থাবল ফবী অহিংসে।" ☐

# 'করিবু ঐনা লেপল্লুগানি'

মতমদু, অযুক্কী পুং ৮লোম তারমলগদবা। লোইনা কেবা অমদি ফজবা ফিজোল নত্তে। 'নানো অমন' কৌবি হায়দুনা মেমা অযুক চৎখিবনি। অদুগা মমায় মনিং ইপোম পোম্বা তম্না অমুক হল্লকই।

অঙাং লাইরিক তাকপিদুনা লৈরিবা মাগী মাম্মনা হায়ফেৎ য়েংলগা হায়রকই—

মাম্মা— কদাই চৎলুবি ইবেম্মা? কনানো ঙসাই লাক্লমবদুনা?

মেম্মা মাইথোংদু মুংঙাইবদি নত্তে, অদুবু লোংশিল্লগা নোক-নিংদনা খজিক নোক্লগা হায়বকই— "মাম্মা থবক অমা চৎলুবনি" হায়রম্লগা মাগী কাদা চংখি। ফি-রোল অমতা হোংদোক্লনা হিক্লা হিক্লা কপখি।

খোঞ্জেলদুনা ফাজিনবা ঙমহৌদনা মাগী মাম্মগী নাকোং য়ৌখি। ঙাইহাক তুমিন লৈকরগা মাগী কাদা চংলকখি। মমায়দু মথা ওল্লগা মমায় পুম্বা ফনা কুপশিল্লগা মেম্মনা পেম্মা কপ্লদু উখি। মাগী মাম্মদু ঙাইহাক খনজানি, কনানা কার তৌরকলবনে হায়রকই।

মাম্মা— মেম্মা! অমুন ঙস্তু নহৌরোইদবগুম পরপ পরপ চৎলুরগা কপদুনা লাকলবদি কার তৌরবা হা? কনানা করি হায়রকইবনো হায়বা? ঙসাই লাক্লমবা নিপামচাদুনা কনানে?

মেম্মা কবিস্ত খুমলকতে। কপ্পা খাঙবদা অমুক্কী মতিক মঙাক থাবা মাপ্লি। মপা পুম্বা হিক হিক লাওরকই। মাম্মনা অমুকস্তু হায়রকই—

মাম্মা— মেম্মা, অমুক কুইবা মতমসে নংনা অদুম্না লাকপা অমুকস্তু য়াওখিদে। খঙই, নবু হেক ঙবদা কনাগুম্বা অমনা নংবু

চৈৎপিরকলে হায়বসে। হায়রকউ মীছু কনানো। নংনা করি হায়রুহুনা মীহুনা করি হায়রকপা? নত্রগা অস্নুক কুইরবা হৌখিবা চহিসিদা ঐনা নংবু হোৎনবদ করি ননিং থুংদহুনা কনাগী মফমদা করি পোৎপু হুকবা নত্রগা নিরুবা?

মেম্মা অহুমক শেম্প্রী, খুমলকপা তৌদে। কাহু ঙাইহাকতি ইচিক চিকই। ফক্লাংগী ঘড়ীনা পুং নিপাল মথাই তাবগী অমুক্তং দেং হায়না খিঙলকপদা মেম্মা মিকপ থোকপগুম তৌখি।

মাম্মা— হায়য়ুনে ইবেম্মা, নং লৈশাবী ফারবনে। নংনা লানবা ওইরম্রবদি, মাম্মা চৎকে ঙাকপিয়ু হায়জরুগে।

মতমহুক্কাওবা মেম্মা করিস্থু খুমলকপা তৌদে। লাংতরুনা অমুকস্থু হায়রকই— করিনো অমুক্তা হায়য়ুনে।

মেম্মা ঙাইহাক খল্লগা হায়রকই— "মাম্মা থবক অমা চৎলুবনি।"

মাম্মা— উম, অহুদা করি তৌরবা? করি থবকনো হায়বা?

লোৎপা য়াবরোই খঙলহুনা হায়রকই— "ইখোলগী বা ঙাংনকবনি। মশানা খঙনা অমদি য়ানিংনা, মতম চানা পিনি খঙদ্রবা পোৎভু, ঐস্থু ইশানা য়ানিংনা মঙোন্দা পীথোকপা পামদে, অমদি লৌফমস্থু থোক্তে হায়রুবা।"

মাগী মাম্মহু তুমিন লৈখি। অহুগা ঙক্না হায়রকই—

"করম্বা ইখোলগীনো?"

মেম্মা— "পাজীনা থম্বিরম্বা ইখোলহু।"

মাম্মহু পুক্লিং মুংশিনা হায়রকই— "মাম্মগী লৈরিবা ইখোলসে নহাক পেন্দবরা নত্রগা পামদবরা?"

মেম্মা স্বর অমতং হোল্লগা তপ্না হায়রকই— "অহুগী বা নত্তে মাম্মা।

মাম্মা— অহু নত্রবদি, লৈশাবী নংনা করিগী মফমহুদা চঙ্‌না ইখোলগী বা ঙাংনরুম্বি। নংবু চাওনবা য়োক্লকপদি মীগী মফমদা মিতানবা ওইরবা মহুদা··· ··· ··· ··· ··· ··· .

মেম্বনা মরক খৎলগা হায়রকই— "মাম্মা পুন্নমক অমত্তা নত্তে।" হৌজিক্তি মহাক পিস্থ তাখিদরে। খস্মোইবু নিংখিনা থেমলগা অমুকস্থু হায়রকই— "মাম্মা হৌজিক ঐঙোন্দা অপাম্বা, কল্লকপা, খীহৌবা করিমত্তা লৈতে।"

মাম্মা— "মহু হায়মুনে মেম্মা। মহু লৈত্রবদি নং করিগী হায়রুরি ?" খরা কল্লগা অমুকস্থু হায়রকই— "পোৎতুবু পামহুনা নিরুবদগী অমদি হায়রুবদগী মীহুন। পীরক্কে। তখি তখি চৈরক-লিবা, মহুদা নংনা লমজাও সরকসিদা কপ্তুনা লাকলিবা নত্রা ?"

মেম্মা— মানি। অহুমকপু মসে নিরুবদি নত্তে। ঐগী করি বাংলি হায়হুনা নিগনি। নিকমস্থু থোক্কে, মসে ঐগী অশেংবা হায়কম থোকপা, তৌকম থোকপা ইথৌনি। ঐনা ঐগী ফংকম থোকপা শরুকতু ঐনা ফংত্রবদি কনানা ফংগনি। মাম্মা অমুকস্থু হায়রকই। তাইঙোথোয়গী ফজরবা অহাংবা ইথোল লমহাংহু ঐগীনি পীয়ু হায়হুনা হায়খিবদি লৈত্তেদনা।

মাম্মা— অহুবু নংগী ওইকম থোকতরে, পীরকলরোই হায়হুনা পীরকত্রবা পোৎতুবু করিগী অমুক হায়রুরি ?

মেম্মা— পাঙ্গল থোকপা য়াবা মকম নৎখিদহুনা তৌবনি। মাম্মা করিগী ঐগী ওইকম থোকত্রিবা ? হৌজিকস্থু খুদকসিদা চৎলগা ঐগী ইপানা লৈরম্বা ইথোলহুদা লৈরুবদা ঐবু তানগদবা মখোয়গী মতিক লৈতে।

মাম্মা— লৈ য়াম্না লৈ। দলিল ইনরমত্রবা, শাক্ষী সাবন লৈহৌত্রবা পোৎতুবু করম্না নংগীনি হায়রিনো ?

মেম্মা— তপ্না ঙাইহাক খল্লগা হায়রকই— ঐবু পোকপিরম্বা ইপাহুবু ইমাক কৈরাক খুনবা, মীনা শকখঙবা অমা ওইরম্মী হায়দাইনে ?

মাম্মা— ঊম, মহুবুদি চুম্মী ওইরম্মী। হৌজিকফাওবা হরাম্বা

কাংবু থরদি, নপাগী মিং ভাবদা কদোম চেনশিগে কনবা য়াও-রপোৎনি।

মেম্মা— অহুগুম্নবা ইপাহুনা, ফনা মাগী হেক পোকনিম্নবা মচলগী ইখোলদা লেম্না শেল য়াংদনা লেরুগনি হায সে ঐগী থম্মোইসিনা সুকয়া য়ানিদে, মাম্মা।

মাম্মা— ইবেম্মা! নবু ভাব শাগুনে। যরবতু নপুনবু মহাক নংগী পাম্ভিগা পোকনিম্নবা মচলনি নংগী নবদা শেলনা লৌবদা কার কাইবা লৈ?

মেম্মা— লৈ য়াম্না লৈ। মৌপাহুনা নচা অনমব্রবাদি মচল হুনা লৌবদা কনাগীসু ইশিকরে লৈতে। অদুবু চাসিদি ঐ লৈরি, মসে চৎনবীনি। মমা নপাগী মচানা হায়হুনা ভস্তুক কুইবা নত্তমসে ইকাই খুম্নবগা লোইননা ভাইবকলিরদনি

মাম্মা— ইবেম্মা, নুম্ব অমুভা মাংহৌবম নিংহবগী মপোক-সিদি যেনথোকপা ভম্মু দবনি।

মিংভা পিনা ইরা চেল্লি। অদুমনপু নালিংদা যংলগা হায়-রকই— মাম্মা মিংহৌবাদ নওনে। ঐবু লান্না লৌগনে। নখোয়না ঐবু ইপাহুগী মচানি হায়না মশক খঙদেনে হায়রগা অমুক থম্মোহু ফাথবা ওমদনা পেম্না কপখি। অদুনপু হায়বকহ, "মাম্ম নখোয়না ঐবু......", মেম্মা ভুনিন লৈখি।

মাগী থম্মোইদা হায়দোকতবা, নিংবা থুংদবা অমা লৈরে হায়-বসে মাগী মাম্মনা খঙখি। অদুমকপু হায়রকই— "ভস্তুক কুইরবা মতমসিদা নংবু নমাহুনা নপাহুনা পোবলম্বনি হায়হুনা ঐখোয় খাই ময়ামগা লৈবিসিদি।

মেম্মা— মাম্মা মহু নখোয়দনা খঙব্রদনি। অহুক হায়কদনা য়েংসি, ঐগী চহি ২০ হেল্লে। অসুক য়াম্নবা তুমিংশিং, থাশিং ১দি চহিশিংসিদা ঐগী ইপাগী মরিদগী পৈশা ৫ ফাওবা পীবীবা কনানা উথরে?

মাম্মত্থু খুমফম লৈতবগুম তৌখি। মাইথিরবা মীগুম লকক ত্তৈবগা অচিকপবু থুগাইবগা হায়রকই— "ঐনা হায়বদি, মীনা খঙশিন্নদ্রবা উশিন্নদ্রবা পোৎত্থবু করিগী নংনা থিজিল্লুরিবনো হায়বা? কবিদি ফজরে, মীগী মমাংদা লৈশাবীনা লমজাও সরক্তা কপতুনা লাকপত্থু। মত্থু মাম্মদি যেংবা ঙমদে। খজিক থেমবোইনা অমুকস্থু হায়রকই। ননেত্থু ইখোলগীদি কাওবু কাওবমলনি"।

মেম্মা— মাম্মা মা কবিমত্তা কাওদে। ঐ খঙই। মাগী থম্মোইদা, মিন্নংশি মচেং অমতা পকতে। ঙসি মানা হায়রকপা খোলত্থু পুন্সিসিদা অমুক কাওগদবা লৈতে। মাম্মা, মত্থুবু মানা মাগী মবু মু শিবগী খুদমলনে? ঐদি ঙকতবা ঙমদে। মাম্মা পীর-বস্তু হিংগনি, পীদ্রবস্তু শিগনি। সমাজগী চৎনবীনি, হিংনবগী লানফমদা লানথে নকবা অমা ওইকুরবনিনা, ঐগী লানমাই যেং-শুবনি ফবে হৌভিক্তি চংশুববনিনা, ঐদি হন্দোক্লবোই। মাম্মা লৌনম তৌত্থুনা অরানবা লমীদা চপস্তু তৌরোই। মাম্মস্থু কবি-মতা যাওম্ব। লিংগী ভাবক অমগুম অত্থুম্বক লৈবিয়ু।

মাম্মা— মেম্ম নবু ত্তপথোনে। শাক্তি সাবন লৈতব বা-যমনি। তুমিন অত্থম লৈবোনে ই'বম্মা হৌশ্রবদি হৌশ্রসস্থু।

মেম্মঃ— "স্তকলৈ লৈবোই। ঐবু অঙাং মচারা। ঐগী ইনিংসিদা, A B C মখেক খঙদবরনে। l, c ঐ লোয়না নিংশিং-লি। ঙসি ঐনা লাযরবী মচা অমা ওইনা, ইশা মতিক চাদনা হিলবস্তু ঐগী ইমান্নবী কথা কযাদি মশক নাইবা থবক অমমম তৌনখরবনি। মখোযত্থুগী মমু দা উকিল কয়া অমা য়াওরি। মাম্মা ঐ কবিমত লিদে। শোম্থা ননা অমুকস্থু হাযবকইঃ— "মাম্মা! মব অমুক্ত হাযগুনে। ঐনা অঙাং ওইরিঙৈদগী মীগী মীপোৎ মীরলদা, কযাম মীতাবা হাযবত্থু। মাম্মা, ঐগী ইনেনা ঐগা মুরুবা মাম্মী। মাগী মু শিজরবা মবুগী মচানা, মত্থু থু হনবা ভাবনি।

1956 Act কী মতু' ইন্না, ঐন' ঐগী যংক্ম থোকপা সম্পতি তানগনি। অতুগীদু মথক্তা, লৈবিবা যুমক্মসিনা শাক্কিনি। মাম্মা খুংইসে কনাগী মাল্লি। ঐনা তাদগী অমনবা উপুতুদা Gramaphone তাগে হায়তুনা record থিকবদা .থংনবকপনি"। য়েংঙু হাযতুনা, মোংতক তৌরবা চেবাং অমা উৎলকই।

মাগী মাম্মনা, চেবাং অতুবু মীৎকুপমুক য়েংলবা মতুংদা হাযখ্রকই:— খুৎইসে, নংগী পাজীগী খুৎইনি। ও; মসিদা ঙম্না লোইনা ইতুনা লৈরেদনা।

মেম্ম - "মাম্মা" কৌরমলগা ব্রা ঙা বা ঙমদবগুম তুমিন লৈ।

মাগী মাম্মনা হাযরকই:— "হায়যুনে।"

মেম্মা:— ইপা লরিদৈ ফাওবদা, লৈবা ফংত্রবা ইখোলতুদা ঐনা চশিন্দুনা লৈকবা অমাদি লৈতেং ওইবা ঐ পামদে! লম্বী তুম চৎপদা ইখোলতুন, অতুকতসু হন্না য়েংলুদে। অতুগুম্বা ইংখলতুবু ঐনা করিগী তাল্লিবনো হায়বা, নখোয খঙবা ঙম· লোতু। কান্নদে মাম্মা, ঐবু অমুক থেমবিরমু। মতম মাংনবনি। ঐ শাযদনা তানগনি।

ঘড়ীগী দেং দেং ১০ লক খিংলকখি। মেম্মগী মগুণ খঙলব নাম্মনি। মানা নিংখিবদি, অমুক হন্দোকপা ঙমগদবা লৈতবে, খঙলতুনা তুমিন কাদগী মপান থোকখিরম্মী।

মুমিৎতু মেম্মা চাক চাবা য়াদে। অহিং তুম্বা য়াদে। ভাব তাদ্রিদৈদি তাল্লিদৈনি। হন্দক মরক চহি ৫ মুকসি, ব্রাকমসিদা খন্দুনা লাকপনি। অঙাং ওইরিদৈ তাথিবনি; লোম্মু ইখোলসু অতৈ সনা লুপা কয়া নংগী শরুক অমতা য়াওদে। নংদি ইবুংঙুগী মচা নত্তে। মপুক্লিংদা ব্রিৎকুপ অমতবু কাওবা লৈখিদে। মতম চারবা কান্দা থনখিবনি। খঙনবত্থু কন্না হোৎনখি। মাবু

কবম্মা কনাগী মচানো। মচা থিবা ফংখিদে, লনা লজিন খঙ-থিদে। লৈশাবী পুঙকক ফাববা কান্দা খঙজখি, ৱাফমতু মীনশানি।

চয়েৎনবা কয়া মাগী ৱাখলদা লৈতরে খঙলবকান্দা হায়বর্নি ৱাফমসে। অদুবু মীওইবগী পুকচেল অঙকপনি। মহৌশা চাং ২০গী মমাংগী ৱাফমদু অদুমক হায়রকই। "নগী য যন থোকপা করিগুম্বা পোৎ অনত্তা যাওদে। নঙোন্দদি পীস্থ পীবাই। করিনো নংনা তৌনিংবা তৌবা য়ানি।" মসিদনি মেম্মা মনা পায়বা যদনা শাওখিবসে। হায়খিবনি, হংখিবনি "ঐগী ইপা কনানো? সম্পাতি ফংলোইদবগী মরম্মা করিনো?"

পাওখুম অমতা ফংখিদে। তঙ তাবা ফিরেপ অমা খঙদব য়াদে। পুক্নিংগী ৱাই চিনবা অসিদং শেংদোক্লগে হায়দুনা। হকাই-ইকি পুম্নমক হুন্দোক্লুনা হায়কবনি।

নোং ঙাল্লে। চাকলুক মপান্দা ফমদমক ফম্মী। চাক চকপা য়াদে। তন্না মফি শেৎখি, অদুবু চৎপদি তৌদে। চৌকদা ইবেন ফমলগা করিনো খল্লি।

"মুমিৎ থানা থোকলিনমগৈ অসিগুম্বা ৱাকৈ-ৱাতা, চযেৎনব কয়াসে ইরোইতা লোইনদুনা লৈরনিকো। মীওইবগী পুকচেনসিবু ঙকতবদি ঙমদেকো, ঐদগী চীংনা। ঐগী হায়বা ৱাখলসিনা পুম্ন-মকপু কাওহল্লিকো।

অমুকন্থ ইপাদুনা লৈরমলবা, ঙসিগী ফিভমসে ওইরমগদবা? কৈদৌঙ্গুংদা ওইরমলোই। পুন্সিসে ইনিং তন্না কযাদা মুংঙাইজরম-গনি। থোংনাও মপাদা হৌরিবা কবুলিযা পাম্বীগী মনা পুংল মতোন ওইরপনা, ক্বাক মচা অমদা, মপিনা মচিঞ্জাক ইনবিরি। মপিনা হুংশিনা ইনবিবা, মচানা কেজবা উরগা পি মরিক খরদি তপ তপ তম্পাক্তা তারম্মী।

"মেম্মা!" কনানো অমনা মপালদগী কৌরকই। মহাক

তাদবগুম তৌবরা, মীৎকম হোংবা তৌদে। সুপীডু ভাংনা ভাংনা চংলকই।

"নংবু ওফিস চৎলোইদবা?"

মেম্মা য়েংলকই। থাজদনা কৌরকই - "বলা।"

বলা— করিনো কপলিবরা? কনাগী কবি বাখলনো?

মেম্মা— হেয়া কপতে। করিগুম্বা খরা খল্লুবনি। নত্তে নংনা লাকখোক্কনা লাকপা করিগীনো?

বলা— ঐগী পাওগুমদি পীদে। ওফিস চৎলোইদবা?

মেম্মা— চৎকনিনা, পুং কয়া তারে?

ফক্লাং ঘড়ীনা দেং দেং ১১ লক য়েঁবকখি। হৈনা কৌজিকপু পুং ১১ তারবা। খরা ফিংলপ্পা মেম্মনা হায়রকই "বলা চৎসি।"

বলা তপলপ্পা হায়রকই— ভাইখো অহুক তফিং তফিংলিবা করিগীনো? কপত্রবদি করিগী মিৎলুদা ইরা চেল্লি? মিৎকী মপা চানা করিগী তম্পাকী ফনেক চোংলি? ভাইহাক লৈরগা অমুকস্তু হায়রকই— উনদবা কুইহুনা মীশিংসে অরোনবা কয়া কয়া লৈনরম-লেকো।

মেম্মা— বলা ওনখোকপনি, অরোনবা বাবু করি লৈরিবগে? পুল্সিদা অরোনবদি অমতবু তৌথিদ্রি। কায়দে, নংনা লাকপগী মরম হায়রকউ।

বলা— রননা নংবু উন্নসি হায়রকই। নখোয় হান্না উন্নসি হাক্লনবরা? করি তৌরবনো লাকতে হায়হুনা লম্বীগী চিদায়দা লেপলম্মী। ঐস্তু ইন্দোমচাখোয়দা লাকপনি। ভাইহাক্কা চংবিরম্মু হায়হুনা নোঙ্গা বাহৈ হায়রকই। মতৌ য়েংবা ওমদহুনা চংজরক-পনি। বারৌবিবা য়াদে, খোকলসি লাকও।

অনিমক খজিক মোকমিন্নরি। বলা মনিং পাংনা অহুমক ছায়জিনখরে। মেম্মা অবাং পাংনা খৌরকই।

বনা লম্বীগী চিদাই অমদা লেপ্লা উরম্মী। মহাক কুমথরম্মী। হায়রকই "কযাম কুইরে ? নঙোন্দা বা অমা হায়গদবা লৈ। হযেংমক ককচি দা থবক অমা চৎতবা য়াদরে।"

রনা— শাওহুনা লৈবমলিবনি। অতুবু থজিক যেংবদা থঙই, মেম্মহু মমায পোমই। মহৌশাগী শককমগা মান্নদে। নিংবা থুংদবা অমা মাগী মাইথোংদা উই। হায়রকই— "করিগীনো অসুক থাপ্লা মক্ষমদা কনা লৈ ?"

মেম্মা — লৈ। করিগুম্বা মরম অমগী, হংগদবা মী লৈ। চংনিংদববা ?

বনা— উন। মরম খঙদ্রবদি তাল্লি।

মেম্মা— মফমতুদা অতুমক খঙগনি।

রনা— ঐবু অঙা লা। নংনা হেক হোইরিডৈ যাগদবা মানবরা ?

মেম্মা খজিক ইকাই, রাখল ইথন খনথদনা দোং হেক্তা হায়-শিবনি। হাযবকই— ঐগী ইপানা থনমবা ইখোল লৈ। মতুগী মরম ঐখোযগী ইম'বোকতুনা লোইনা খঙই। মতু হংগে তৌবনি।

বনা— তোক্লো নংনা খঙহৌদবা পোত্তুবু, হযে ঐ লৈবিগে।

মেম্মা য্র শাওগংখরে। মীপোং মীরল পামজদে। নখোয় খুবাগী অহা বা লমহা তু ঐগীনি হায়তুনা তাল্লদেদনা ঐসু। মতুদা হাযকবা থোকলবা চনগাও বাওগে হায়রকলোইদরা ? অমুকস্তু হায়রকই, হায়রকলোইদরনে ? তানফম থোকই তানবনি। ঐসু মীনি, ইতোমতা চংপ ভম্মী। য়াবরা হাযতুনা হায়বনি। য়াদ্রে তোকএ করি উপাই লৈবি।

অনিমক ফনা কুইনা রা ভাংনদে। মিনিট ৩লোমগী মতুংদা বননা হায়রকই— পুং কয়াদা উন্নসিগে ?

মেম্মা— পু, ৭ ৫০ দা বস পার্কিংদা।

হান্নগী রাফম অমতা য়াওখিদরে। ওকিস তাম্না চংখরে। মাগী মাগী মথো অনিমক পুক্লিং চংনা তৌখরে।

ককচিং চৎলুবগী নোং ঙানবনি। মেম্মা ওফিসকী থবক কন্না চরি। ঙরাং নহান মচিং তাহৌবগী। রননা নিপা অমগা চং-ন্নবনই হায়রকই— "সোম্না নহাকপু থিরি।"

মেম্মা য়েংথৎলকই। ও! ইতৈ'বুংঙো করি থবকী? চাংদা যমবিয়ু।

নিপাহুনা অনকপা চৌকি অমদা ফমলগা হায়রকই— "মেম্মা নং শাওগন্নি। এগী ইরানবু নংনা ঙাকপিয়ু। মহাক্তি অহল ওই-বনি, শিগ্রগদবা। নখোযগা ঐখোয়গদি পুন্সিসিমগী থানবা দ্রবা মরিনি। শে পৈশাসে শুরবরা য়েংঙু, লিশিং মঙানি।

পৈশাশি হু টেবল মথক্তা লৈরি। চানা চৎপী নোটতুদা মুন্না য়েংলগা মপি ইরা চেল্লকই। খল্লি, "পুন্সিগী ইজৎ অমদি সন-মান য়েংহুনা পৈশা নংবু ঐনা তাল্লুবনি। ইকাইবস্থু ফংথিবনি। ঙসিদি কংলে, ঐ করি তৌগনি। অমুক হনগ্রসিরা মসিবু। ঙাইহাক খল্লি, করিগী হনগনি, ইফ-ফজনা পীরক্লবদি ঐস্থু ইফ-ফজনা হন-হিরমগনি। হৌজিক্তি অমুক হল্লরোই। অহুবু হৌজিক মসিনা বি তৌগনি। পৈশা অহু টেবল মথক্তা অহুমক লৈরি।

আচকপহু থুগাইহুনা নিপাহুনা হায়বকই— মেম্মা পৈশাহু বরা যেংঙু। ঐ চৎলগে। চৎলমদাইদা অমুকস্থু হায়রম্মী— মেম্মা নং শাওগন্নুকো।"

"পৈশাহু ফংলবনিনা থুংঙাইরেদনা।" রননা হায়খি।

মেম্মা— রনা, ঐগী মায়দা মুন্না য়েংলগা হায়রকউ, য়াম্না রাওবা মানবরা?

রনা থজিক চংশিল্লগা হায়রকই— চুম্না লকনবনিদা। পৈশাহু রেন্না থমজিল্লু। অমতা কাইথোকহু, পুন্সিগী মশক থোকপা পোৎ মা লেপশিল্লু।

মেম্মা— "ঐগী ইপানা মৈনা ঈশিংনা চামবদা লেংলরোইদবা

মশক থোকপা ইথোলসে থনমবনি। অতুবু মহাক চৎখরে। ইথোলদি মাগী ঐগী নত্রবস্থু কনাগুম্বা অমগী ওইনা অতুমক লৈতৌই। রনা ইপাল ফরিঙে, পুম্নমক ঐগী ঙাক্তনি। অতুবু অস্থুক য়াম্বা পোৎশিংসে কনাগী করিগীদমক লেপলিবা। ঐগী অরোইব, পুন্সিদা, করি করিনো ঐনা লোইনগদবা। ঙসিগী পৈশাশিংসিনা পুন্সিগী মশক থোকপা পোৎ, করিবু ঐনা লেপল্লুগনি ?" □

# অমমল্লা অহিংদা

অশবা নাপী মথক্নি। লৈ মুনা কোইশিল্লবা, লমপাক মচানি। মুংপাক অমগী মথক্তা, মুপী অমা ফমলি। "থবানগী ১১ নি পানবা থাজনা, সংসার অসে অইবা মঙালদা পুমঙাল ঙালহল্লি"।

পীক্লবা লম্পাক মচাতু অঙৌবা লৈশিংনা বাইশিল্লি। জাতি কুপ্পী, ভাতী পুম্পা, তথৌল্ল মতম চাদনা লৈবাং, কবোকলৈস্তু মথেংথি। লল্লপ লল্লপ সনাইংস্ত মশাংলি সধান ফনা হৌবনী চ'বা লয়াকস্তু মপোপ ইবাই বাইদনা মাল তাপ্পা তুং-হল্লা, মু পাক থক্তা ভুগোয শাবি।

করিগুম্বদস্তু, থাজ মাগী মঙালদা, চেক্লা অমা অনিস্তু মপাই-রি। অপাপ্পদা, তাঙবা গুহগী মখোলস্তু তাবকলি। মী অয়াম্বা নিদ্রা দেবীগী তম্পাক্তা তাথরনালে। অথাপ্পা সবক্তা বিজুলিগী মঙালদা, মমি শানি চংলম্বা মীস্তু উখিদরে।

কদোমদগী লাকপা মখোলনো, যন্ত্র অমদি ঈশৈগী মুংশিববা খোংথলশি। মুপী অসে, ফমনামবদগী হৌগৎলকলে। কোইনা কোইচং চংলকলে। মুংপাক্তু তুং ওইনা থনমলে। লৈপালশিং অমমমতা ওইনা য়েংবা হৌরক্লে।

মতম চাদনা শাংলবী কবোকলৈ চবোং অমা পুল্লপ পাইশিল্লগা হিক হিক কপলকলে। খঙহৌদনা কদাইদগী তারকলিবা লিক্লানো, খঙবগুম খঙথ। থাদোক্লে। খঙলে, লিক্লা নত্তে, থিংবা ঙমদ্রবা থম্মোইগী পিনি।

হন্দকতি লৈরাং চবুন অতু হেক্লে,। মুংপাক থক্তা অমুক ফমলরে! লৈরাং চবুনতু থম্মোইদা চেংনা কোনশনথরে।

শেংঙ্কাত্তনা করিনো, মুকম মুকম শোল্লি

তুংদা কনানো ওমনা, মুপীতুগী মঙ্গ মতো যেংলি। শেং-ক্কাত্তবা খোঞ্জেলথু তাবা ওইনা. মুপীতুগী মকমদা ফমথখরে।

য়েংকী থুংনা লৈরাং চবুন অথু পাইরগা, ওইগী থুংসা মগানা, লৈরাতুগী লৈকাথু, অমমমতা ওইনা শেংলি। অতিযাগী পাক্কবু মুন্না য়েংলি, হায়রি :— "ঙসিদি সংসার অসিদা, ঐগী কনাসু লৈত্রবনি। ইমা, ইপা, শাগৈ নাতৈ ওহ! মতম অমগী ইমান্নবা মু'শি-মুংওন্স রায়ী কয়া, পুম্নমকপু লায়না মাংখরে। তৌভিক্তি, মসিনা পামজবা থবক ওইরুবনা পুম্নমক কাওপোকপা ওমলে"।

"ইচেমা"। কনানো অমনা তপ্না কৌরকই। তাদে ' অমুকন্সু কৌরকই :— ইচেমা। চেৎনা কোল্লবা লৈরাতুদি থা-দোকতে। খজিকতং য়েংলকই :—

—"কয়াম কুইরে"?

—"ঙাইহাক ওইরে"।

করিগীনো, ঐবু হৌরমদনা অচিকপদা হকচিক লা লমলিবা। করম্বা বাখলগী মথা পোল্লকপনা, মিৎকী পি শিনথবা ওমলকলি বনো? ইচেমা, থাদোকপা কুইরবদাইনে. নহাক্কী পিবাশিংথু নৌনা হৌরকপা বাখলনা, অমুক থম্মোয় ফাথবা ওমত্রবর?

করিগুম্বদা, ঐনা মহোৌশাগী থুংশেমবু উরগা, তুমিন কপ্পা উরবদি, "ইনাও সংসার হায়বসে অসি ঙাক্তনি হায়থুনা তংতনা হায়বদাইনে"।

ইচেমা! ঐসু অমুক হায়রগে :— "সংসার অসে অসি ঙাক্তনি। তামতা লাকপনিনা, ইতোমতা চৎপা তাই। কনাগী মুংশিবা, বাখল পুম্নমক থাদোকলো। ইচেমা, নংগী হিক হিক খোঞ্জেল তারগা, ঐগী [illegible] ফাথবা ওমলোইদৌরি। মৌহৌনা নিংশিং নিংশিং কাইহৌররে"।

" ইচেমা লাকলো চৎলসি "।

ইনাও ভাইখোনে। নংবু তাদ্রনে, অথাপ্পা থুলদগী মালংবা পুরকপা যন্ত্রা, অমদি ঈশৈগী মুংশিরবা সুর। খোঙ্গেলশিংসে তাদবা যাম্ম' কুইবে। ভসিদা, মণ্ডাল-মশা ওইনা খজিক তাবসিদা, থম্মোয় ফাথবা ঙমদনা কপখিবনি।

" মুংশিবা ঈশৈগী খোঙ্গেল তাবদা, থম্মোই ফাথবা ঙমদববু, লৈরাং চনুন থম্মোইদা, চেৎনা কোনববনে ইচেমা "।

ইনাও। ফমলমবদগী থঙ্কোদনা হৌগৎলি। খুৎ নামনা লৈবাং চরো তু পাইরগা অমুক ফমথখি। শম্লাং ইচাই চাইরম্বা তৌজিক্তুদা খঙলকই, তাশিল-খোমজিল পুনশনলি। হায়রকইঃ— " ইনাও ফম্মুনে। নংবু, করিগী ঙসাইদগী লেপলিবনো। য়েং-ঙোই, ঐ অমুক কপলরোই। নংসু কপলগমু। নংগী ঐগী পুন্সিসে, য়াম্মা শুঙাইবনি নত্রনে। স সারগী খৎন-চৈনবা, কনাগুম্বগী অবাবা বারী, পুবা ঙমদ্রবা থম্মোয়গী অবাবা মচাক, ফোংদোকফম থঙদনা চাকলিবা কনানা, কনাগুম্বগী কাইনবগী মিৎকী পিরাং, বৈদো-ঙৈদসু উররোই "।

ইচেমা, অমুক কপলরোই। অদুবু, বারী অদুতদি হায়-দোকপিয়ু ননাওদা। চহি ৭, ৮ লোম হায়রকলে, ঙসি ফাওবা করিগী লোৎলিবনো ? ঙরাং, আশ্রমগী ইবুংঙো রনজন পুখিবা ভদ্রলোকতু, অয়াম্বা মতমদা, আশ্রমদা লাকই। অদুগা নাক য়েৎ ওই শাইনা কোইনা চৎলি। খোংথাং খুদিং, অর্থ চেল্লি। ইশং ভদ্রলোকতু, রাখল য়াম্মা খনবা মাল্লি। হাপ্তা অমদা অমুক অনিরকতি, মহাক লাকই। ঐগদি, অয়াম্বা মতমদা খেংনৈ। নোংমা, মহাক্লা ইচেমাগী মরমদা, য়াম্মা কুপ্পা হংলকখি।

" ইনাও ভদ্রলোকতুদা নংনা কবি থুমখি "। মচেমানা হায়খি। ইচেমা অকুপ্পা মরোল থোইনা হায়খিদে। ইশম

শম্না, "ইচেমাসিগা ঐগা মত য়াম্না মান্নে। অতুগা থবক অসিদা মাই কন্না ওনশিনখিবনা, ঙসি ফাওবা মাগা ঐগগী পুন্সি হৌরক-পগী বারী শানখিদ্রি"।

ভদ্রলোকতু, মথা অমুক তাবকখিদ্রবরা?

মথা তারকই, "ইবেম্মা, করম্বা নিংবা কাইনদগী, থবক অসি পাইখৎলকপা নো হায়বা ফাওবা শানখিদ্রিবরা"? "হোই অমুকতমু শানখিদ্রি? অতুগা মসিমদি ঐনা উখি, ইচেমা, থা থাগী ওইনা তরামাথোইনি পানবা থাজগী মঙালদা, কনানুমু লোইনবা তৌদনা মুংপাক থক্তা ফমতুনা থম্মোই পেন্না কপ্পা থেংনৈ। মসি নত্তবা অতৈ অনতবু ইচেনাগী মফমদা উবা ফংদে"।

"ইনাও ভদ্রলোক অতু ... ... ..."।

"ইচেনা," প্রেমিনা মবক থৎলকই। "ভদ্রলোকতু, অচা মচাদৌনা চৌবিগী পাম্বোনদা, য়েংকী খুনিং শোরগা, খুবিগী খুজিলতু চিনবালদা থমবোই করিবোই তৌবগা, অহা বা নালদা মুন্না য়েংতুনা লৈখি। ঙাইহাক লৈরগা অমুকসু হায়বকই। নি-শিংলকইদরা নত্রগা নিংশিংলিববা অমদি শোইদনা ওইফম পোকই খল্লি ঐনা। অতুবু ইচেনা, ভদ্রলোকতু ঙরা মানা পামজবা পুথরবনিনা, অমুক আশ্রমসিদা লাক্কদবা মানদবে"।

অতুগা, নোংমসু ইচেমানা লৈকোলগী ঈশিং চাইবা উরগা, মমিৎ কুপতনা য়েংখি।

"ইনাও ভদ্রলোকতু অমুক কবিগুম্বা লাকলবদি, ঐগা অমুক্ত উন্নহল্লু"। মচেমানা হায়বকই—।

"ইচেমা তাঙ্গা অতু ঙাইতুনা লৈজরগে"।

মচেমনা হায়রকইঃ— ইনাও ঙসিগী থাজসে ফজদরনে। মনিপুরগী চৎনবী ওইনা, থবানগী তরামাথোইনি পানবদি, ঝুলোন হৌবা মমিংনি। ঐনা, য়ুমদা লৈরিঙৈদা, ইমান্নবী অমনা, জগোয়

াক চীংতুনা য়েংবা চৎলুই। তুমিৎ অত্থু ঙসি অসিনি। করি-
। খরা খনবগুম তিন য়োৎথরগা অমুকস্থু হায়রকই— "ইনাও,
শিংলুবদা থম্মোই অসি কপলে।"

মখা অমুক তাবা তৌদনা প্রেমিনা হায়রকই— ইচেমা চৎলসি।
অসি ফনা য়াম্না হাইগৎলকলে। চৎনা চৎনা অমুকস্থু হায়-
— "ইচেমা ভদ্রলোকতু ঐনা অস্থুম য়েংবদ', আশ্রম অসি উবদা,
থম্মোই শোইদনা কপলমগনি।"

ই! নংদি করম্না খঙলিবা?

"ইচেমা মমিৎ অনি অতুনা অয়েংবা অমদা অস্থুম য়েংতুনা লৈ।
রুবা বাখলনা মাইথোং ইমক মকশিল্লি। ইচেমা, নিপা ওই-
সে, মমিৎতদি পংনা পি তাবা উদে। অতুবু তুপীগা থম্মোইদা
চাংদম্নবা মতমদদি মখোয়না হেল্লমগদরা থল্লিবা।"

ইনাওগী বাসিদি তাবদা মুংঙাই। হয়েং বারী শাসি। ফরে,
তুমলুরো।

শীলা থোংবাদা পাইরগা তুমিন লেপলি। প্রেমি হন্না অমুক
কই। খোঙথাং অত্থু থাংজিনবা য়াত্রমালে। তপ্না তপ্না মচেমাগী
া লাকলে, হায়রকই— "ইচেমা করিমুক তৌরে?"

শীলা— ইনাও; করিস্থু তৌদে। থাজগী মঙালসে ঙসিদি
াকপা ইঙম ঙমদবগুম তৌরে।

প্রেমি, ঙাইহাক থল্লগা হায়রকই— থাজগী মঙাল উবদা,
াংলকইবা বারীতু ঐস্থু খঙজবা য়ারোইদরা?

শীলা— ইনাও অমুক লাকরোইদবা হৌথরবা বারীনি। নিং-
বা ঐনা লালবনি। থাজগী মঙাল উরিবমখৈদি থম্মোই অসি
গদৌরিমালে। মঙাল উববা মকম অমা থিরসিনা ঐবু?

প্রেমি খঙনা হায়রকই— ইচেমা ঙসি অসি আশ্রমগী থোঙ্গাল
লোনগদরা?

শীলা— হোইনে। করি তৌরে? ঐদি কোনদে ইবা কাওইনা।

প্রেমি— ইচেমা, ঐগী মিৎনা লানবরা লৈকোলগী মুংপা থক্তা ফমলিবা অসি কনানো?

অহুম্মক্কী মিৎযেং অমুক্রুদা চপ মান্নখবে। নিপা অহু লো খৎলকলে। খাংথাং তপ্না থাংলদুনা মাংলামদা লাকলি।

শীলা তপ্না হায়বকই— প্রেমি নিপা অসি · ·· ···

মবক থৎনা প্রেমিনা হায়রকই— ইচেমা ওবা গী ভদ্রলোক নত্রা?

নিপা অহু তাংমালে হায়বকই— “মান।”

অঙকপা, মুংশিবা, নপাংবা, লাংতক্লবা, অরাবা অমদি হ ফম খঙদ্রবা ঈহৌ কযানকম্না পুনশিল্লগা হায়বকই—

শীলা— সুনিল, আহংসিদা, মফমসিদা করম্না।

অনকপা উপাল অমদা হাইবপ পাইখোই ৌকপোই তৌ হায়বকই—

সুনিল— শীলা, নফমসে ঐগীদি শান্তিনি। নাংমা নিপালদোমগী নমা দা ন গা ঐগা অরোইবা ওইনা উন্নথিবা মু অহু ডাস অসিনি। নি শি লিবরা?

শীলা — “নি শি লি।”

প্রেমি থাখল অমা লাম্বা ফংবগুম কৌরকই— ‘ইচেমা।”

শীলা— ইনাও, ভদ্রলোকসে ঐগী অডাং ওইমিঙৈগী চান্না মরুপনি।

ভদ্রলোকতুদা ওনশিন্নগা, প্রেমিনা হায়রকই— “তাইর লেংশিল্লুখিসি আশ্রমদা।”

সুনিল— “ইবেমা চৎলরোই, ইবুং হল্লগে। মুমিৎ থাবল ফবকান্দা হংদুং, আশ্রমসি ঙংবা হেক হেক লাকই। পুরি

শান্তি যংলগা অহুম হেক্তা যুমদা হল্লি। ঙসিদি, নখোয়গী আশ্রমগী থোঙ্গাল শো লোল্লমদবে। বাইরবা থম্মোইসে কাল্লিনবা ওইনা, লৈকোলসিদা হংদুনা ফনলুবনি। তিংথেংদা খমদুনা ইচল 'নিগী বারীসু তাবরে। অপাঙ্গা পোৎসু লৌজরে। মরম মরক্তা আশ্রমসিদা লাকচবা অকাংবা থোকত্রা?"

প্রেমি— ওইডো, লেংবিনি লাক্পা মতমদা পুক্নিংগী শান্তি যংনবা লে বীরকউ কৈদোবগে।

সুনিল— যাগ্না সুংঙাইরে প্রমি স্বব অমত শাংনা হোল্লগা িন যোৎথরগা হায়রকই— "শীলা নংগী ইনংৎলকপগী পুন্সিদা মু গুম্না থম্মোই (নমগান হাযবদি ঐদি মদ ফাওবা সংলুদে। নঙোন্দা ঐগী পুন্সিনিনগী আশা বযা থনপ্রবনি। মহু নংনা খঙদনহম তৌথি। অদুগনে শীলা নংগী থুংশা তংাহনা তোংমা ঐগী · .. .. ।"

স্বব অমতং যুইনা হোল্লগা শীলা, নরক থংলকই— "মতম নহু হৌগরে ঙাসিদি ময়ানগী 'নমা' অমা ওইরবনি। চৎপ্রবা নতমবু কবিগী নিংশিংলি। হৌজিক্কি করিগুম্বদসু ননমু ইমা কৌবা যাবে" হায়বগা সুনিলগী লেবান অিমক্তা পাইকরে। সুনিল, অথঙবা অনদি অকি-ভূজ বগা ঙকলপ হাযদোকখি — "শীলা।" থুংশাশিংদু চহি নিপালগী তুংদা অমুক কন্না পাইশনখি। মিৎ মরি চানখি।

প্রেমি বাখো লোলি লোলি তৌরবা থাজবু য়েংজহনা থাজরি।

থুংশা তরাহু তাশিল খোমজিল পাইরগা হায়রকই—

সুনিল— "শীলা নংগী অনিংবদা অমুক যেৎলরোই হায়দুনা শাংলবা চহি নিপালসে বানা লেল্লবনি। নোংমতা কাওবা লৈখিদে, হৌখিবা নুমিৎশিংদুদা। নংগী নিংবা থুংনবা হোৎনবদা থম্মোইসে কল্পা থাজলবনি।

অঙ্গগনে শীলা, তরামাথোইনি পানবা থাজসে হেক উরবদি অমুক্তস্থ তুমজবা ফংখিদে। তরামাথোইনি থাজগী মঙালদা, ইতোমতা নংনা ঐগী হিনাক্তা ফমবগুম খনজখিবনি। মরোল লোৎকম খঙজ্রবা, ফোংদোকফমস্থ খঙদ্রনা, নিঙমহৌত্ত্ৰবা থম্মোইসিনা, কপ্পা বারী কয়া শাথ্রবনি নঙোন্দা। শীলা, বারীশিংস্থ নং খঙলবরা।"

শীলা থাঙবা ঙমদ্রমালে, হিক হিক কপলকলে। অতৎপা লৈত্রবা পিশিংস্থনা তপ তপ স্থনিলগী খুৎশাশিংদা তাবা হৌরক্লে, হায়রকই—

শীলা— "ঐগী থম্মোই মুংগা চাংদমগস্থ স্থনিল। হায়ফম খঙদ্রবা, মরোল লোলবা থম্মোইসে নংগীদমক থমথ্রবনি। আশ্রমগী থবকসিনা পামজবা ওইরুবনা ঙসিদি মসিদা খোঙদাকুবনি। থম্মোই অসি কপলিশ্নি। স্থনিল, করি অমুক হায়রখিগনি, থবাইগা হক-চাংগা কাইনদ্রিফাওবা অস্থমক কপখিগনি। মুগী থম্মোইনা পান্দা খোক, কাইরবা থম্মোইনা মুংদা ফুম, স্থনিল, ময়ামগী মমা অমা ওইনা, পুম্সি অসি লেল্লগে। নংগী থম্মোইগী কাচিন অমদা ঐবু অস্থমক লেঙদনা থমবিয়ু। করিগুম্বদা হয়েং মুকী মপোক্তা মী ওইনা পোকপা খোল্লবদি নংগী ননাক্তা লেনস্থনা পুম্সিসে লাইবক ফবী অমা ওইজগে।"

স্থনিল— শীলা, মমুং মপাল নাইদনা অস্থমক থমলিবনি। নংগী অনিংবদা ঐনা অমুক্তস্থ য়েংখিদ্রি, মজুংদস্থ য়েংলোই।

পাইরম্বা খুৎসা তপ্পা তপ্পা থাদোরক্লে। অমুকস্থ হায়রকই — করিগুম্বদা আশ্রমসিগী থবক্তা অচিনবা লৈরবদি অঙম্বা ইতেং পাংজরগে।

ঙসাইমথৈ লেপলিবী প্রেমিনা কৌরকই— "ইচেমা থাজ অসি বাথোং লোনথরে।"

স্থনিল, হৌজিক্তি শীলাগী খুৎসাশিংস্থ মপুং ফানা থাদোক্লে।

চইগী খুৎনা, কোক্কী শমত্থ হায়রপ নানবোই করিবোই জৌরগা বাখোং লোনশ্রবা থাজবু য়েংলি।

শীলা— সুনিল।

সুনিল— করিনো?

শীলা— বা ভমতা।

সুনিল— যাগনি।

মতুংদদি ঐডোন্দা উশা অমা থেকলে, বা ভাংবা ওমদনা তুমিন লপথরে।

সুনিল— নডোন্দা করি?

শীলা— ঐডোন্দা "ই-মা" কৌকো।

সুনিল, নিংবা কাইবগী স্বর অমত্তং শাংনা হোল্লগা হায়রই— শীলা, নিংবা কাইরবা থম্মোইসিনা নংগী বাখলদা, পুন্সিসে ত্যাগ তৌভুনা বানা লেল্লিবনি। মসিদা নংবু ইমা ওইনা থল্লু হায়বা? ডোন্দগী লাগা লৈভুনা পুন্সিসে লেল্লগে। পামজবা বনজন পুরেদনা ংস্থ অমুক থল্লুরম্থু। আশ্রমগী থবক খুদিংমক্তা, নখোয় অনিগী জোল ওইবা ওইয়ু।"

সুনিল, অমুক্তং হল্লা য়েংলমলগা বাখোং লোনশ্রবা থাজগী, শাল কংত্রবা "অমমবা অহিংদা" অত্থুমক মাংখ্রে। □

# "কমদৌবা"

হুমিৎ খরা সহরদা লৈরুরবা মতুংদা, নোংমা সন্ধ্যা মতুং খরা থেংলপ্না য়ৌরকখি। লৈথাং চারবা, মপুবোক্না মাগা লৈমিন্নরম্বা মল্লবা যুমহু। লোনদনা লৈরম্লবা থো বাদা খজিক ঙাশিন্নমবহু হাংদোক্লগা ইমুং চংলকখি। মানা, .হক খঙজরকপদগী লৈরমলবা, মল্লবা উপু মচাহুনা মাবু তরাম্না ওকপগুম তৌখি। চাক থোংহুনা চাখিবা চফুহুনা শগাই মথক্তা মিরা, কারা, লৌকম-য়েংকম খঙদনা লৈরি। শেংপি-শেং বিদবনা মল্লবা লৈগংহুনা, লৈশৌহুগা অমত্তা ওইনা উরি। ফক্লাং শি থোং অহোবশিংহু মানা মশক খঙবগুম তৌখি। হুমিৎ খরনিগী মতুংদা লাকপদ। মাগী থম্মোই, ফাথবা ঙমদন। কপথিমংলে।

থোঙ্জেলহুনা অহল ওইরবা মপুবোকতু পোথাবা য়াদবগুম মরোল লৌকম খঙদবগুম খজিক খৌদেমলকই। থম্মোই কাইববা খোঞ্জেলনি, তাখিদবা কুইরবনি। তপ্না তপ্না ভানি, মপুবোক্কী মনাক্তা চংলকলে। উনসা মচেৎ মচেৎ কেল্লবা, খুইরবা পামবোমহু পাইরগা ভানি, হিক্রা হিক্রা কপলক্লে।

অহিং ইচিক হুল্লকপা মতমনি। লিরি শিংপা মাফংহু মথৌ কাইবা য়াদে মতাগুম হৈনম লৈনম পুরক্লি। য়াহৌ ঙনবী লৈরাং খোংগমমেলৈ, মালং মাগী শাহুমদা হাইনা হুমনা খাঙজখি, চান্নজবী কাকলৈগা লোইননা। যুমগী মপু ওইরবা কাওজেং হারৌনা মনিং-তম্না মুংঙাই-ঈশৈ শকলকখি।

মপুবোক্কী পামবোমহু পাইরগা ভানি, কয়া কুইনা কপখিবা খঙলমদে। মাগী অতৎপা লৈতনা চেনখরকলিবা পিনা অহলহুগী পামবোমহু চোৎলম্মী।

অহলন্থুনা শেংফাৎতনা কৌরকই— "ভানি।"

ভানি, মপুবোক্কী মাইথোং তন্না তপ্না য়েংলকখি। চপলবা চাইকং অনিন্থুনা, অহলন্থুগী মাইথোং বু কেন্না হুংশিনখি। মন্থুপ মন্থুপ তৌরবা লাইবকতুদা নান্নগা হায়বকই— "'পুবোক ঐ লাকলে।"

হৌজিকতদা খঙলকখি, মপুবোক্কী পামবোমদা চোৎলিবন্থু পিনি হায়বা, তপ্না তৈথোকখি।

থাও য়াওদ্রবা পোদোনগী পিকলবা মৈরিন্থুনা, মতোমতা চাকচবা ঙমদনা মুসি মুসি কাগী অমমবা মরক্তা তিনগদৌবগুম তৌরি।

অথাপ্পা খুলদগী অহিং তম্খাই চল্লে তাকলকপা, যেনবাগী খোঙ্গেল মালং মানা পুরকখি। তপ্না খৌরকখি ভানা নাগী নাকোংদা। থম্মোই তনিক তনিকখি, খনজখি কয়াৱক হন্না খোংলকখিগদবা। মানা অঙাং ওইরিঙৈ পামজন্থুনা লোইখিবা যেনবী যেনবা কয়ান্থু। মপুবোকনা শাওন্থুনা কন্না ঙাংজবদি ঙমদা হায়খিবা নিংশিংলকই।

অহল— "ইবেমা নংগী য়েনশিংসে যোনথোকখবো। ইপু য়েংনিংদে, মীনা ইপুবু মাংই হায়বে। অমুক অঙনবা, লাই থুরুপ্পা, মতমদন্থু মানা হেক মথোংলকই। অহিং ফংই খোংই তুম্বা য়াদে। নংবু লৈশাবী হায়রা মফারে, মীনা লৈশাবী য়েন লোইবী হায়জনি। মন্থুদগীদি নযুম পানবা খঙলরোই। ঐ চেন্নরকলনি। করমনো ইপুদি নংগীদমক বাইদা।

ভানি থোইনা তাদে ফাক ফাক নোকথোকখি। হায়খি— "'পুবোক য়ুমদি পান্নবন্থু য়াইএ। ইতোমত্তা হুংঙাইনা লৈথোক্লগা লোইরেদনা। মীনা হায়বরো নাদা হাপ্পীত্রগা লোইরে।" অহল উপাই লৈতা, নোক্লিংদনা থজিক নোকলগা তুমিন লৈখি। তম্না শোনজখি, "হরে কৃষ্ণ", ঐদি চাকমাং চাববনি।

মপুবোক্কী নাকো না, য়েনবাগী খোঙ্গেল তারমগদগা খনবদা তানি মপুবোক্তা মুম্ন' যংথুনা লৈখি। অমুক্তগী হেন্না খোংলক্কনবা ঈশ্বরদা তৎতনা নিজখি। অঙকপনি, ক্রে ক্রেক ক্রেক অমুক্তগী হেন্না খোংলকখিদরে। তানি তপ্না শোনজখি, " 'পুবোক মরোল খোকত্রবা য়েনবাস্ন নংগী কাইনা মৈচাক্তি খঙমালেকো। লোন শুদ্রিবা য়েনবা মাগী অহাঙ্গ খুৎখোংথু, নংগী কাইন তেংথাখোদনিকে।।"

১০নিগী থাজনা নিংতাইবা লৈতনা, মালেমসিবু মঙাল পিরি। খাডপোক্কী অহোবা মরক্তা, থাজগী মঙালনা মনিং তম্না লিশিল্লক্লি। মপুবোক্কী চাং নাইত্রবা স্বরথুবু তারগা তানি, মাং-তুং কোইনা য়েংখি। কনাস্ন উদে, থুইরবা হকচাংথুবু নাল্লগা হায়খি।

তানি— " 'পুবোক ঐবুদি কনাদা শিন্নরম্মী ? তাইবঙ মীরোল হেক খঙলকপদগী নহাক নত্তনা ঐদি কনাবুস্ন খঙখিদে। থুন্দোক-পিরম্বা খোকলবা করিগুম্বা, কনাদনো ঐনা বারী শাগদবা। তাবিনবনা কনা ? পাজি, পাবুং অমদি ইমা, ইদোম তুমিন হংজখি, মসিগী অর্থ করিনো ? 'পুবোক, ঐ করিমতা খঙদে। ঐনা খঙবা হায়ববু সংসারসিদা, নহাক্তনিকো।" হায়রগা মপুবোক্কী মাইথোংবু তপ্না তপ্না নানখি।

অহল অচু মশুনা হায়রিবথু খঙমালে। ফাইরবা লৈয়েংনা মতং মতং কায়রকই।

অলল— ইবেমা, ইপুদি য়ারোইদৌরে। কনাগস্ন খৎন-চৈন-গনু। ঈশ্বরবু কাওগথু। অচুকম্ন থাদোকন্থ। মল্লবা মুমসিনা নংবু তাকপিংশেনরিবা ওইসনু।

তানি, মপুবোক্কী থাইহেংশিংথু তাবদা থাক্কে, হায়রকই— 'পুবোক পুজিদা অচুম্বববু থক থাদোক্লোই। মল্লবা মুমসিগা লোইননা নহাক্কী হৈ পাল, লৈ-পাল পুম্নমক ঐনা লোইনা হোৎনগনি। 'পুবোক নহাকস্ন ঐবু অতোপ্পা মকমদা অমুক থাররোইদনা ?

অহল— "ইবেমা, ইপুনা অমুক নংবু চৎলো হায়ররোই।"

ভানি— 'পুবোক ঐগী মুংভাইনবগীদমক অভোম্বদা থমবিরম-ত্রবা, মুমিৎ থরহু ননাক্তা লৈহুনা সেবা ভৌগা ফংজরমলবা, পুন্সিদা পেনদবা হায়বদো, অমুক লৈরমথরোইকো। 'পুবোক ভসিদি নংগী ল·ন পুন্সিসিমগী ভাল্লেকো। 'পুবোক সহরগী নিল থোংবা মুং-ভাইরবা ইরাংশিংসে. ঐভোন্দদি ভোপ ভোপ্পা অৱাবগী মমি অমা ওইররে।

থোংজাওহু, থক্তিক ইনথোরকই। ভানিগী মিৎয়েং লৈথোরকই। নিপা অহু থোংফম খাজক থাংজিল্লকই, ভক্লা কৌবকই— "ভানি নত্রা?"

ভানি— মানি।

নিপা— নোং আসনা ভাল্লগা, পাও থাগে তৌরমবনি। ফবে, 'পুবোক্কী অরোইবা পুংফম লাক্কদবগুম তৌরে। ঐসু লৈকায়গী মা থরা কৌরুবনি। কনানা পাও হায়রকই? অহুগা নংবু কনাগা লাকপগে?

ভানি— ইতোমতা লাকই।

নিপাহুনা ভক্লা হায়রকই— অসুক শাংবা লমশাং। অহুগীসু মথক্তা অথেংবা অহিং। নত্তে, নংবু অকি-অথভ লৈতবরা? শাং-কৈ, হুরানবা ডাকু করিমতা কিদরেনে?

ভানি ভপ্পা অহুমক থুমলকই— উম। করিমতা কিদে।

নিপা— করিমতা কিদরবা? থৌনাদি ফৈদনা।

ভানি— হোই। ঐনা চৎখিবা মতমদা 'পুবোক্কী মশা ভমহৌদে।

নিপা— মুমিৎতুদগী ঐ 'পুবোকা লৈমিন্নরবনি।

ভানি ভক্লা— কার হায়বা! পি মারক অনিদং তপ তপ তাখি। নিপাহুদা য়েংলগা অমুকসু হায়রকই— "নিংশিং-নিংশিং মুমিৎ কুননিরোমসে লেল্লবনি। থভহৌদনা ভরাংদগী মিৎ তোইনা

চোংলকই। 'কাক্লা লাক্লা লাক্লা খো.লকই। অকিবনা ইশাসে লাহৎখি, বাখলসে নে তাখিদে। তৌকম খঙদনা, সন্ধ্যাগী মতমদা অসুম খোরকপদা, বস অমা লাকলম্মী। মতুদা অতুম য়াওরক্লবনি।

নিপা— লবুকী লমশাংসিদি কনাগা লাকই?

ভানি— ইতোমতা। লম্বী অসি লাকপদা ইশাসে অকিবনা খনখি। কমলাকসিসু নিকপনা খোং থা.কম খঙখিদে।

"মপালদগী মীখোল তারকই।"

অহল, তপ্পা কৌরকই— ভানি।

ভানি— 'পুবোক কার হায়গে?

অহলতু তুমিন: লখিরম্মী। ভানি তপ্পা কৌরকই— 'পুবোক।

অহল— "হাও", মুংশিনা খুমলকই। ময়েক অনিসিদনি শেংনা ঙাংবা ঙমলিবা। ভানি মপুবোক্কী "হাও" হায়বসে পুন্সিদা অমুক কাওররোই। মতুক মুংশিবা খোস্তোকতু মা অমুক্তসু তাখিত্র।

ভানি — ঈশিং খরা ইল্লক্কে?

অহল বাদি ঙাংদনা চিনবাল খজিক কা.খোরকই। মপুবোক্তা ভানি তপ্পা তপ্পা ঈশিং ইল্লি। চমস অ.ন তক্সুম ইল্লবা মতুংদা, অহল অতু মঙক হায়রকই।

অহলতুগী খুৎতু থাংগৎপদি ঙমদা, ঈ থা.ত্রবা শরুনা লৈতেং- লবা খুৎশা ৫না খজিক খজিক লেংলকই। মতু উবদা নিপাতু, অহলতুগী মনাক্তা চংলকখি, হায়রকই।

নিপা— 'পুবোক লৈএ।

অহলদো মরোল লৌকম খঙলকতত্রে। করি করিনো মুরুম মুরুম শোল্লি।

"মপালদসু লাংলি। মমুংদসু লাইরিক তারি।" ভাইহাকী মমুংদা মিমিট অনিমুক কায়রগা অহলতুগী খদাংতু অহুরক ইল্লকই।

ভানি, পুন্সিগী অমুক্তা উত্তিবমি, ঙকই। মিৎতা পিনা খন্না

ইরা চেল্লি। থম্মোইদা হায়কম থঙদনা তেংথারি। অমুক্তং থঙ-হৌদনা হায়খি— " 'পুবোক লোইরেদনা পুন্সিদো। মিংকুপসিমগী মনুংদা, অশিবা কৌবা লাইনা নংবু পুথরেদনা।"

মথং মথং মপুবোকপু সুমাংগী মচি অমদা করিস্থ করিস্থ য়াওদনা হিপহনখি। ভানি, মাগী থম্মোইনা কয়া বানা থাঙজখিবা। মনাক্তা চ সি চ ঙমদা, থাপ্পা যে জবা নত্তনা, প্নামবৈ-উপাই লৈখিদে। "সুংশিবা খোঙ্গোক হরাও মিনোক তম নিংশিংবতা ভাইরবনি, পুম্ন-মক লোইনা মাংগ্রবনিকো। 'পুবোক অসুম্না কপ্পা নোকপা অবা-সুংভাই কযানা শাগৎগ্রবা পুন্সিসে, অমম-অঙাম্না লৈরিবমথৈ অসুমক ইরোইদা লোইনহুনা লৈরনিকো। ঐস্থ মীস্থ লোইনমক, লোইন-মকনিকো 'পুবোক।"

ভানি মল্লবা থাঙপোক্কী মথা থংবা এনখাদা খোল্লগা ফমলি। ঙসিদি মপুবোক্কা মাবু থাদোকপিরমলে। নাক-য়েৎ, মাং-তুং, হম্না যেংবদা কনাস্থ উদরে। সংসাব.স, মঙোন্দদি পুম্নমক ইহাং হাংবগুম তৌখি।

১০নি পানবগী থাজনা, মাবু তম্না য়েংলকখি। লৈচিন-নোং-ফাই থাংগ্রবা, ময়েক শেংলবা থাজগী মঙালবু উরগা, ভানি, মাবু নাক্লবগুম থল্লমানে খুংশা ১০না মমায়হু খুমজিল্লগা ক্লিক্কা কপলকই। থম্মোই ফাথবা ঙমগ্রমানে খোঞ্জেল খোক্কা হাযরকই— " 'পুবোক থাজগী মঙালদা তৎতনা নংগা বারি কয়া শানখিবদো, ঙসিদি মানা ঐবু লক্করে। 'পুবোক নংবু কদাইদনো, ঐস্থ লাককে। মল্লবা থাঙপোকসিগী মমু.দা ইদোম করম লেনগনি?"

অমম-অঙান শিম্নরকই। ভানি কোইনা কোইনা চৎলি। বাখোং লোনগ্রবা ১০নি থাজগী মঙাল মমি শামলকই। মালেম অসি মমশিল্লকলে। অবাংবা উতোল বাতোলদা, মঙাল থজিক লৈবা নত্তনা অতৈদি উবা ফংদরে।

"অহুৎভৈ মপুবোক্না থাজরম্বা, কমলা পাম্বী, চন্দ্রা পাম্বী, নবাব পাম্বী অমদি হৈজ্ঞাং পাম্বী কযানা মালংগী শহুমদা ইবোইননা কেল্লকখি, হৈপালশিংগী অঙৌবা মপাল কযাহ্। নোংদোল থকী লিক্লাম্ন হৈপালশিংগী পিরাং ওইনা শিনথরকখি, মপু মাবু কাইনবদা।"

ভানি নিংশিংলি; অহুৎভৈ মানা অঙাং ওইরিভৈ, ইঙেন থাগী কুম্মৈদা, লৌরক্কী নাগী হাবে বা চৎপদা পুবিখিবা কয়াদা, হরাঙ-তয়ান্না মনিং-তম্না শানখিবা অশংবা লবুক মবকতুদ। মপুবোক্না চৈথি, "ভানি, তুবা তারে পাম্বীশি হু করিগী চন্নিংনো লৌবক্কা। নাপীশিংহু ফোইদংকেদি হায়ব্রদনা।"

ভানি চেন্না চেন্না খুমলকই— 'পুবোক হন্দকতি ফৌ য়ান্না থোকনিদনা। ঐগী য়াওশংগী ফনেক ফজরবা অমগা, জযপুর ফজরবা অমগা লৈবিযুকো। তপ্না তপ্না ভানি, ফো পাম্বীগী মরক্তা হৌরিবা নাপীশিং ফোইবা হৌথি।

ভাইহাক লৈরগা, হুমিদাংবাইরমগী আকাস অসি মচেৎ মচেৎ ওইনা অরংবা কোরৌগী মঙালবু থনজিনখিরম্মী।

ভানি— 'পুবোক, করিগীনো অতিয়া অসি ইশং শংখরেন? এ! য়েংঙু আদগী অশাংবা চীংশাসে, অসিস্তু ইশং শংই। লবুকসিস্তু অশংবা ফৌনানা ইকোই কোইশিল্লি। অহুগা অহাংবা অতিয়াসিস্তু অশংবা মচুনা কুপশিনথরে। অতিযাগী অশংবা মঙালগী মমিনা, মালেমসিস্তু পুমশঙ শঙলে। 'পুবোক অশংবগী অশংবা ভাক্তা। কয়াদা ফজব্রবা, মফমসিগী অশংবা সংসারনো। ঐস্তু শংলেনে। 'পুবোক আকাসকী অশংবা অসিবু করি কৌবগে?

অহল— ইবেমা, মসি "অশংবা নোংজাবী" কৌই।

ভানি— এ, নোংজাবিদি ভাংবদাইনে? মসিদি কয়াদা ফজনা নিম মচু মান্না শংলিবা। ঐ নাপী ফোইবকা অমতা য়াওরোই। অশংবা নোংজাবী য়েংহুনা লৈগনী!

অঙ্কুলাহুনা অহাংবা মালংদা য়েংলগা হায়রকই— "নোংমা, অসিগুম্বা অশংবা নোংজাবীগী মথাদা, ভানি নংগী নমাহু সংসার থাদোকখি।"

মতমহুদা ময়েক শেংনা খঙখি, তাখিদে। অমুক হংগুবনন্থ ইয়াং য়াংনা খুমল্লকই— "অমম্বা লাকলবদি অশংবা নোংজাবীনা অতিয়াবু থাদোকখি হায়বনি।"

য়ুমবা হল্লসি হুমিং থেংলে। লমবেল চংনা চংনা, মক্ত মপু বারী শাখি।

নিপা— নহাক্তি করি থল্লিবনো ভানি?

ভানি, ইখঙ খঙই। ভাব তারকপদা নোং কজনা ভাল্লয়ে। খঙলে, সংস্কারনচিংবা লোইহুনা মহাক চংলকলবনি। ভানি করিসু খুমলমদনা চংখয়ে।

হৌনবী মতুং ইমা, ইমুংগী থবক পুম্নমক মথং মথং লোইশিনল্লে।

হুংখিলগী মতমদা, লৈকাইগী মৌ অহল কয়া লাকই। ভাইহাক লৈরমলগা অহুম হনখি। হুমিদাংবাইরম ওইশিল্লকই, ভানি অকিবা ক্বাওরকই। মদোম করম য়ুমহু লেপকনি। য়েনখাদা থোকলগা নিংশিং নিংশিং পিয়াং শিনথবা নত্তনা করি উপাই লৈখিদে।

নিপা— হুমিং তাল্লিকলে, চাক থরদং চানবা তৌরোদনা।

ভানি খজিক য়েংলকই। হায়রকই— "চাত্রবহু য়ারে।"

নিপা— করিনো ভানি, 'পুবোক্ত' চংশ্রবনি মাগী মতম গুহুনা। করিগী অহুক য়াম্মা থল্লুরি।

ভানি— অহাংবা লমহাংশিগী, শেগাইরবা খাঙপোকসিদা করম ইদোম লৈগনি?

নিপা— করিনো নংনা হায়রিসিবু, ঐসু লৈগনি।

হুমিং থরা কাইনরুবসিদা ভানি মাবু শাওরমলগদরা নক্রগা হঙ্গোইরববা থনজবনি। মাগী বাখলগী ওম তৈনবদা, সবংনা

মহৌশাগুা, কব্রিমত্তা কোইদনা হায়রবপদু তাম্বগা, মাকোন্দগী মুংসা মরক্তা চৎপদা রাববা, লম্বী চংগী বনাগুম্বনা পোখ্বাকম উপাল অমতং যংঙ্জরনদা হুংভাইজবগুম, মর নে ঙানা হোল্লগা, পিম্বাংনা থল্লবা মমিং অনিদু সরংতা খজিক য়েংলগা হায়মকই— "অদোমগী লমনসে মপোকেনিমদদি শিংবা ঙমলবে ই।"

মপুবোক লৈত্রগা থা ৫/৬কী মতুংদা মোমা ভানি মমাংগী লনাক মচাদুনা ে। চৎ চংতুনা হৈপাক-নৈপাল ঈশিং চাইরি। মহৌশাদি অসিগুম্বা মতমসে, মাগী মক। অমত্তা উজগে ফংদবনি। অদুবু ঙসিদি, তিংথৌ-তুমবৌ কপানা নান, তম্না মকা লান্না হৌরক্লি। অদুডে মাগী মপুবোক লৈরিডৈদাদ, তিথে-তুনবো বয়ানা য়াম্না কিনা মরাই লুক্লা ময়োন থিনগংজকখিবান। অমুকতসু নিংথিনা হৌজবা ফংজাখদবনি। ঙসিদি উরগা ভানি, হায়রকই— "হৌবো হে তিংথৌ তুমবৌ। নখোয়বু ফোইদংপিনবা মপুদো, ঙসিদ লৈতরে। ননিং তম্ম হৌরো, ঐগী খোঙনেৎফম লৈতবমথৈ। অদুবু, হে নিংতমলবী, নখোয় ময়াম চঠুনা অমাদ য়োমদুনা শিৎনবিগনু ঐগী মালিকা, মালতি, মধুমতি কুন্দালৈ কবোকনৈ কুসুমলৈ কয়াবু। ইভা ইডেন নোংজুসনা বুদ মথোই কাহল্লি। মপু মানা থাজরম্বা, নৌজবিবী লৈরাংশিংদি ঙম্না ময়োন কংগ্র-নিদকো।"

অসুম্না ভানি মতম লেল্লি। কয়া কুইন অসুম্না লৈগদগে, মহাক খঙদে। ইংলবা রাকচিংগী উ-লেন কয়া, বরিযাগী অতৎপা লৈত্রবা নোংজু কয়াদসু, পোদুনা পমদুনা অইংবসিদগী কনবিথিবা অমদি সুংসিনা নানবিথিবা কয়া ঙসিদি নিংশিংজবতা ভাইরবনি।

ইংলবা রাকচিংগী অয়ুক অমদা, অহল ওইরবা মপুবোক্না নোংমা তুখি খঙকৈদনা। তাঙজসিনা খঙজখি, মসিনা মাগী পল্সিগী অরোইব নিংকুপ ওইবগনি। ডাক্তরশিংগী মট মতুং ইম্না প্নশি

হোসপিটালদা। তেক্সবা খোংহু চীংখোকপদা, ওহল ওইরবা মপুবোকতু চৈনাখোল খাঙবা ঙমখিদে।, চৈনাখোলচুনগী অমুক কনখৎলকপা তৌখিদরে। লমতাগী ১০নি পানবা, নোংমাইজিং ফুমিংকী নোংমাই চবুকমক্তদা মপুবোকী থবায়না, মল্লবা খাঙপোক অমদি মল্লবা হকচাংবু থাদোক্‌না চৎখি।

নিংশিংলকপা খুদিং চৈনা খাঙবা ঙমলকতহনা খোঞ্জেল খোক্লা লাওখি— " 'পুবোক লাকখোগবা নহাকপু, লিরখা বারী, অহুঙৈগী অরা-লান, ফুগী লান, হনুবা-হনুবী পান থাবা, পেবেৎকী বারী কয়াসু।"

ভানি লেপলি। তুংলোমদগী সরৎনা তপ্পা হায়রকই— "ভানি, য়েংঙোই চহি কয়াগী মমাংদগী ঐখোয় ময়াম চংহনা থিহনতা লাকলবা মীসে, ঙসিদি নমাংদা লেপলরে। ভানি মাবু তরাম্না লৌশিনবীয়ু। মহাক নংগী হেক পোকমিন্নবা নৌপা্নি। চৈতলাইরগী পোংলুন পুবা ঙমদহনা য়াম্না অঙাং ওইনা য়ুমসি থাদোকথিবনি। ঙাসদি, চাওবা শরেপ ফাহনা মহাক লাকলে। ঙসি নংবু শঙবিনবা মী অমা ফংলে। ভানি নচিন-নৌপা্ চান-চিন্না শেংনখাইনা চামিন্নহনা পুন্সিবু মশক থঙনা লেনগদবনি। ঐদি চৎলগে। খোঞ্জেল নিকলপ্না অমুকসু হায়রকই— "ভানি ঐ চৎলগে।"

ভানি, লাক্লিবা নিপাহদা য়েংলগা মপি ইরা চেল্লকই। মাগী ঙসিগী পিরাংসিদি, ফুংঙাইবগী পিরাংনি। অহুবু, থংনবা মিংকুপ্তা মমাই ওনখোক্‌না ময়াই ওনখোক্‌না চৎগ্রবা সরৎপু থামজবসু ঙমদা মিংয়েংহু বানা য়েংলকই।

মনাক্তা লেপলিবা মতম কুইনা উখিগ্রবা মৌপা্গী মকোকতা কুংশিনা নাম্লগা হায়রকই— "ইবুংঙো, ঙসিদি ঐগী পেনদবা হায়বহু অমুক চৈক্তরে। মচৌশাগী খুৎশেম্না পীক থন্দুনতা চৈলরবা স সারসে,

ইচেম্মী ইরুমদদি হাংহুনতা লৈখিবনি। হোংবা অমদি কাইথা ম্নাত্রথা মহৌশাগী খুৎশেমসিগা লোইননা অমত্তা ওইনা। ঙসিদি পুনখরে। "পুবোক্না থনন্থা ইখোলসিদা হোৌরিবা হৈপাল-লৈপাল পুম্নমক নংনা কংদনবা ঈশিং চাইবিয়ু।"

নঙহৌয়োইদবগুম মিৎয়েংছু লৈখোরকই। সরৎকী খোঙথাং কোম্বোং য়ৌখিদৌরে। হায়রকই— "অমুক্তা ঙাইবিখো।"

সরৎ, লেপখি। ভানি, সরৎকী অমাংদা লেপলগা চীং লেয়া হায়রকই— "মুংশিবিবগী মুংশিবিবা, পুন্সিসিমা মুংশিবিরো। থিবিরুবগী থিবিরুবা, ইপ্‌রাসে অত্তুমক কোনবিরো। ঙসিদি, মিৎকুপসিদা এগী পেন্দবা হায়বদো, অমুক লৈতরে। শংবিবগী শংবিবা মল্লবা থাঙপোকপোকসে অত্তুমক শংবিরো। ঐদি অম্তুমক চৎলগে, চৎক্ষম খোকলবনিনা। ইপ্‌রাসে,, নফমদা শিম্নজরমলবনি।"

ভানি কোম্বোং হাংদোক্নুনা খোকখি। চঙক্লনা সরৎ লেপ্লুনা লৈহৌই। থংনবা মিৎকুপতা খঙহৌদনা লাওখি, ভানি, "কমদৌবা।" ☐

# "অমুক করম পিপোকনুবা"

"ঙাইখোনে নংবু, ময়াইদা লেপপো চেনগন্থু"।

থুপী অমনা পাথৎনা লাওরকই অঙম্বা সরক্তুগী থোদক্কইবা অঙ্গৌবা কারছুনা মমায় কৎ কেৎ হায়রি। অঙাং অছুম্থু ময়াইদা কোইচেন চোম্ল। ঙাইহাক লৈরগা অঙা ছুগী মমাংদা গাড়ীথু লেপথরে। পাথৎনা চেনশিল্লগা থুপীছুনা হায়রকই।

থুপী— মীনা লেপ্পো হায়রগা, করিগী কোইচেন চেল্লি। মসি সিরখিনি, নংবু গাড়ী মমাংদা চেল্লু কনানা হায়গে। লাকও লাকও। অঙাংছুগী মপুংতু য়েংকী থুংনা শমবিরি।

থোংথা ছু ২ ৩ থা দোকপা লোইরি। গাড়ীদগী চাওদম শাদম্বা নিপা অমা, ইংনা তপ্পা মাং হাদনা কুমথরকই, হায়রকই।

নিপা— করি থাইদোকপদি শোক্কেদনা।

দীনে— শম্মা থুমলকই— "হোই"।

নিপা— নংবু ঙাইখোনে দীনে।

থুপী অছু হনগৎন য়ে লকই, ঙকলপ তৌখি। মাইথোংছু ইকাই খুংশি য়াম্নবনি, তুমিন অছুমক লেপ্পী। নিপাছুনা হায়রকই— চহি কয়াগী মতুংদনো মীৎকুপ সিমতং উম্লবদা নংবু ঙাইহাক ফাওবা ঐগা মাই ওনশননিংদবরা দীনে, মহৌশাগী পুকচেলছু অছুমক লৈরিবরা?

থুপীছু অছুমক লেপ্পী, অঙাংবু শমবিরিবা থুংতু থক থক নিক-লকপগুম তৌখি। মিংফম অমা ভাম্না য়েংখি। থজিক নোক্লগা করিমতা থনথদবগুম অঙাং অমগী খোঞ্জেলদা হায়রকই।

দীনে— "কদাই চৎলুরিবনো ?

নিপা— অঙাং ওইরিঙৈ, ছুঙ্লকা অঙৌবা গুলাপ অমা থারম্মী। মছু শাৎলবরা য়েংলুবা।

দীনে— ভন্না হায়খি ; গুলাপ অমা থারগ্না মহু শাংলমবগা য়েংলুবা। নিপাহু তারমালে থুমলকই— "হুঁন"।

দীনে— গুলাপতুদি শাংলমলবরা ?

নিপা— শাংপ তা নত্তে লৈকা থুদি, লৈখোক লোইবগুম তৌ-রমলে। গুলাপতুনা পুমবুমনরিভৈ, অশংবা হুঙ্লক্তা অঙৌবা লৈনা খজিকতংগা ঊরকপদি কনাগী পুক্নিংনা যেংনিংবা পোকলোইদগে। ঙসিদি অশংবা হুঙ্লক্ত, গুলাপ লৈশাং তম্নমলে। লৈমায়থক্তা মদোম কেনজগদবতা ঙাইরমলে।

দীনে, মহৌশাগী ইকাই-খুংশি ওইনজবতনা খল্লবা খোস্তোক অহু নত্তবে। অহুভৈ অঙাং ওইবিভৈগী ইচম চম্না খ স্তোক্তা হায়রকই —"করিগী হুঙ্লক্তা গুলাপতুবু থাকরি গুলাপ মান পোমশাংন-রিভৈ করিগী হেকহৌত্রিবনো। গুলাপ কৌবী লৈরাংনবু কয়া কুইনা পোমহুনা লৈগনি। নংগী শেনহৌত্রবা মীৎকুপ অমদা গুলাপনা লৈকা শেংথজহুনা মদোম কেনবা ঙাইজববু করিগী অহুক থম্মোধ শোকলুরি।

নিপা— দীনে, গুলাপতুনা পুমবুমনরিভৈ ইথুৎ কযারক তিং-খোকখি, মাবু হেক্লগে হায়হুনা। মতমহুদা গুলাপ মানা হায়রকই— "খজিক্তংদি শাংচখিগে করিগী অহুক কিংলিবনো" ?

নিপা— দীনে গুলাপতুনা অমুক পোমশাংনরকান্দা ইথুৎ অশে অমুকস্থু তিংখোকলুই। অমুকস্থু লৈরাং মানা হায়বকখি—

"অমুক শাংপা ফংলরোইদরনি। লৈকা কন্না শাংচখিগে"।

দীনে, গুলাপ মাগী থাহৈদো অমতবু হিক্তোকপা ঙমখিদে। মনিং তন্না শাংহনখি। অহুবু ঙসিদি ........ ........ ........ .... ... দীনে মরক থংলকই। নিপাহুগী থাহৈ থুদিং থম্মোয়দা তাশোন্না খিনবগুম তৌখি। মমায় খজিক লৈশিন্নকলগা নিপাহুগী মাইথোং তন্না য়েং-খংলগা হায়রকই।

দীনে—"গুলাপতু ঙসিদি লৈমায়থক্তা লৈকা কেনবা হৌথরে"।

' নিপাহুনা হায়রকই— "গুলাপতু নং খঙলবরা" ?

দীনে ঙসাইমথৈগী অচম্বা মাইথোং নত্তরে।

মীৎলুদা শিংগী ইরা চেল্লকলে। মহাক কদাইদা লৈ হায়বা কাওবগুম তৌথরে। অঙৌবা কারছুবু নাল নালগা হায়রকই।

দীনে— ' হন্দক্কী মপোকসিমদি লৈকাশিং লৈথোক লোইথরে। অমুক পোমশাংনগে হায়বা য়াররোই। লৈথোক লোইথরবা লৈরাং গুলাপতবু করিগী অমুক য়েংবা চংলুরি"।

নিপ — দীনে তপথদরবা পুক্লিংসিনা মাবুতবু য়েংনিংলুই। করিমুক হায়গনি, মরা য়াওনা ফুকলগা ঐগী ইংথোলদা থানিংলুই। লৈবা, মানাদি খাঙলিঙৈ, মতম মানদি ঙাইবিদা, ঐসু কঙাওনকরে। ঙসিদি থম্মোই মাসু মদোম তুমিন লৈজখরে; অমুক তহাবদি য়াওরকতরে।

ঙাইহাক লৈরগা অমুকসু হায়রকই— দীনে পুক্সিছু মুংঙাইরিদনা। করিগুম্বদা ন পুক্সিগী লামায়দি ফাকৎলুদেকো। ফাকৎলুবা থোকলবা নদোম লেপচবা ঙম্লোই। নংগী ঙসিগী পুক্সিহুনা খ্বাইদগী য'নি খল্লবা। ফরে, মহুনা নংগী মুংঙাইবা ওইরবা কনাগুম্বশিংগীসু মুংঙাইবা ওইবা য়াই।

কারছুগী মমাংদা দীনে লেপলি হায়রকই— নংদি হৌখিবা মতমশিংছুদা ঐবু ইকাইবা, অমদি মাইথিবা পীহুনতা লৈখিবদাইনে।

নিপা— দীনে ঐগী চাংয়েং কয়াছু নংনা অরানবনি খল্লবা।

দীনে— থনবা নত্তে, মহু অশেংবনি। ঐদি নংগা হেক থঙ্নরকপদগী মাইথিহুনতা লাক্লি।

নিপাহুনা চীং লেম্না হায়রকই— "দীনে, নংনা খল্লিবছু চুমদংবদি নত্তে। ঐসু য়াই, অহুবু নিপানিনা চংনিংবা মথে চংলুই, কোইনিংবা মথে কোইরকই, ঙাওনিংবা মথে ঙাওরকই। হনজিল্লকপা মতমদা, মাখলনা নে তাবরা কান্দা নংতমক খল্লি। করিগীনো ঐসু

খঙ্দে। ইতোমতগী থম্মোইদা কুমাবক হংজে, মসিবু করিনো" ?

দীনে— নংগী নিপা ওইবগী, লেপতবা পুকচেলছু ঐ অশেংনা কিখি হৌজিকসু কিরি।

নিপাছু থম্মোইদদি প্রোক প্রোক চাক্লে। অদুবু তপ্পা হায়রকই— দীনে ঐগী থম্মোইগী অশেংবা শকতমসে নংনা খঙ্বা ওমত্রমালে।

দীনে—নংগী থম্মোই মশক খঙ্লুবগী করি কান্নরি হৌজিকপো।

নিপা - ঐবু অমুক্ত রাহল্লছু।

দীনে— খোল কনতক্লা হায়রকই নংবু ঐনা রাহনবরা? নতোমতগী পুন্সিবু সুংঙাইনবা শেমজবা ওমত্রবদি রাজবা তাইদনা।

নিপাছু থম্মোইনুংদদি হায়কম খঙদনা খোইরাংই, খোইশাওই, অমসুং কপনিংই। অদুবু পি তাবদি তৌদে হায়রকই— "কৈদো-বগে নংবু ঐগী অশেংবা শকতমসে অমুক্তদি মশক খঙখো"। হায়-রগা তৌকম খঙদনা তুমিন লেপতুনা লৈরি।

দীনে করিবু খল্লিবা খঙদে। মমায়ছু অরাংমকসু নত্তে। মনিং পুরা ওনবসু নত্তে। অহাংবা অতিয়াদা মুল্লা য়েংলি। মিৎকী পি শিনথরকই। তৈথোকহৌরবা পীরাংশিংছুনা তপ তপ অতৎপা লৈতনা লৈমায় থক্তা তারি। থোজেল খজিক থোকত্রমালে, ওসাই মখৈ অঙৌবা কারছুদা নালছুনা শাররিবা অঙাংছুনা য়েংথৎলকই। তৌকম খঙদনা অমুকসু নিপাছুদা য়েংলুই।

নিপাছুনা করিনো অমা হেক হায়গে তৌরকপদা অঙাংছুনা হায়রকই— কারসি তোংগে হা?

নিপাছুনা অঙাংছু খজিক চিংথোক্লগা হায়রকই— নংগী নমিং করি কৌই; হায়রবদি কার তোংহনগনি।

অঙাংছুনা হয়াওনা থুমলকই— "আশা"

কুইথরবা মতমনি, করিগুম্বা মতমদা নিংশিংবশিংগী মরক্তা অমা ওইজবতা ঙাইরবনি। খঙহৌদনা ওসি মহাক কোং কাওরক্লে।

সুমিদা বাইরমগী ভঙ্গানন্দবা নোংজাবীনা অতিয়া অসি কুপশিল্লি। নিপাহুনা অঙাংহুনী মখুৎতু পাইবিরগা খজিক চীংশিল্লগা হায়বকই—"করিগী কপলি দীনে ? নংগী পামজবা লমবেলদা নংনা চৎপদা করি নানিং থুংদবা যাওরে। করিগুম্বদা ফিথুপ নাইনা থুপতুনা, উপু মনুংদা খথরমবা ফিশিংহু করম্বনা। হেন্না ফজরিবা যেংনিংবস্তু পোকলুই। মখা থংবা ফিনা লৈখাং খজিক চাহুনা পৎলমলবস্তু, মহৌশাগী ফিগী মনমদি কোকলমদ্রি। মনমহুদা ঙাওরুবনি পুক্লিংসে, 'দীনে ন বু তারিবরা ?'"

দীনে ভাব তারকপগুম তৌবরা ? মমায় খজিক লৈথোক্লগা নিংবী পিহু না খিনা তৈথোকলে। মনাক্তা অঙাংহু লৈরমদরে। খোঙথাং অমা তানিদ থা দোক্লগা হায়বকই— "কান্তা হুড়ুলকী গুলাপতুদা খবায অতুক তারমগান হাযনদি অশেংবা খঙলুদবনি। গুলাপকী মরাল শইরে। ঙাসদি মাগী মরালহু ঙাকপিযু হায়জরি।"

ভঙ্গানন্দ নোংজাবীগী মঙালহুদা মকা লামলবা, কান্তগী মাইথোংগা অমতা হেহবগুম উরি।

অঙাংহুগী মখুংতু কান্তনা নিংথিনা পাইবিরগা হায়রকই— গুলাপকী মরাল লেতে। মাবু শেমবিবা মালিবু লেম্নজনিংবনি। হোজিকস্তু গুলাপপু হেকনিংলি। ইথুং অসি তিংথোকচবি।

অপাকপা সরকতুদা মখোয অনি কনাবু উদবদোনা তৌরি। দীনে, খজিক লুকথনগা খুমলকই— "হেকলুবা তাববস্তু লৈনা চোইনা কেল্লনি। খজিক লোক্লগা অমুকস্তু হায়রকই। মহৌশাগুম মাইথিবদি ফংলরোইকো। হায়কেৎ য়েংখি মিৎ মরি চানখি।"

কান্তা— ঙসিগী লাইবক ফবা সুমিৎসে মতম খুদিং কাওরসুকো। করিগুম্বদা ঐবু অমুক নিংবা কাইহল্লগে খল্লসুকো।

সন্ধ্যাগী মতম য়োশিল্লকই। দীনে ঙসিস্তু কাওদরি, অহুগুমলবা সুমিদাংবাইরমহু। খজিকতি ইংলবা হিয়াঙ্গে পোইস্তু লোননবা

মতমগী ওমিদাংবাইরমছুবু নিংশিংলুবদা থম্মোইদা চৈনা পীরকই। তারমদাই মুমিংকী ঙঙানরবা মশেক মরকতুদা অইংবা উন পুরবা মুংশিংনা পংকনদি কন্দনা শিংলকলি খাই খাই। বাখোং লোন-থরবা কোরৌগী তারমদাই মুমিংপু য়েংছুনা দীনে ঙসিস্তু কপলি। মতোমতমক তেংথাজরি, তাবিনবদি লৈত।; মতোমতমক ওইনজরি।

কান্তা অমুকস্তু হায়রকই— "দীনে নংবু তারিবরা ?"

দীনে মরি মখোং শমনদনা হায়রকই— "মতমছুদা কাইন-খিবা।" "মতমসিদা অমুক উনরবা।"

নিপা অমা অনকপা থোঙ্গালদগী লোরকই। খোঙথাং অছু য়ৌশিল্লকই। অঙাংছুনা কান্তগী মথুংতু হায়রছুনা হায়রকই— "য়েংঙোই, ঐখোয় বাবা লাকলে। ঐ চৎলগে।"

কান্তা অঙাংছুগী মথুংতু ইরেন থাদোকখরে। অছুগা নিপা-ছুদা য়েংলুই।

দীনে ফিংলপ্পা হায়রকই— কান্তা চৎলো।

কান্তা তপ্পা তপ্পা গাড়ীছু থৌখি।

নিপাছুনা দীনেগী মনাক্তা চংশিল্লগা হায়রকই— ইবেমা লাকলোনে, মুমিংসি থেংলেনে। ননাগসে চাক লাম্মে হায়রি। ইহে, হৌজিক্কী নিপাছুনা কনানো ?

দীনে মপাগী মমাংদা ইকাইবা মালি। মপাগী পাওখুম পী-খিদে। থৌরিবা কারছুদা মুন্না য়েংলগা হায়খি— "কেল্লমদাইগী মতমসিদা অমুক করম পীথোকলুবা।" □

# “মৈরিদু”

হায়কম তৌফম খঙদবা খোইরাং খোইশাওবা কল তাত্রবা অঙ্ক'না, তংতনা পাইশিল্লকখি ফাইরেল থাগী অঙাওবা লৈচিলগুম।

চাং কয়া খাঙলবা মতুংদা শক্তিবুগী অকনবা হুংশিংনা তপ্পা তপ্পা হুনদোকখি, ফাইবেল থাগী লৈচিনশিংহু। অমুকস্থু চামথোকখি, হঙাগী নো জনা। মতুংদদি লাংবনগী গু শানা, লৌচি লোয়া য়েনা শাবগুম মডুল যাঙনা ঙানজখি, চাক ওজ্ঞাহ হেল্লবা মতুংদা।

অহুবু বরিগুম্বা মতমদা, হৌখিবা পুন্সিগী লমাইদি হেক হেক ফংবনি লুই। লেপ্পা লেতে শীংকুপ থুদংগী ব্রাখলনা য়ৌথি। অবাবা মতম লনাখিবা। হঙাগী নোংজুনা, খাঙপোক মহুদ তারকখিবা। অমুকস্থু, বাবাচগী হংলবা থাবল মঙালদা ওাবকখিবা উংলেন কয়া। ওঘা য়াদা অাহ নিংশেল থাঙখিবা। হাপলব পুকতু পাইহুনা লেন-খিবা অাহ কংা।

অহাবা লবুক চীংয়া-তময়া চংখিবনি মা ঐ। হুংশি হুংওল বাবী কয়। ফাকংলুবা লমায়গী অবা হুংঙাই বারৌনা, মাইথোংবু হেক হেক হোংহল্লি।

তমপাকী ফনেকতু চোংলম্মী। করম্বা মতমদা কপখিবা ভাব তারকপদা মোমোন মীনোক তৌরম্মী।

হুপী অমনা কৌরকই— অবোকইবেমা, চাকসে ইংথরবদি হাবা হুংঙাইররোই। সোমদা ঈশিং লৈরে।

অহলহু তাদবগুম তৌবরা। থোইনা লেং-থোংপা উদে। অহাং-বা মালংদা অহুমক য়েংখি। 'অমুকস্থু হম্না য়েংলকখি, কমভম ককী মিংশেলদা। উথি শকতমহু, খুইরবা উনসা, অঙৌবা কোকী শম। কজফম খঙদ্রবা মস্থুপ মস্থুপ তৌরবা শকফম। স্বর অমতং শাংনা হোল্লগা হায়খি,— “হরে কৃষ্ণ”।

নোংমস্থ চহি ৬৪, ৬৫ রোম হায়রকপা অতুরাইদা, ঝুলোন ঈশৈ, মুপী পাসা য়াওখিবা। নিংশিংসকই হুমনি চনবা মুমিচা শক-খিবা, অনিগুবা শৈকপদা, তুংগী ইনাফিদা কিবস্থা "খুদোপ চা"।

অমুক হৌগৎখিদরে। হকচাং পুম্বা হিকথখরে। থম্মোই ফবা ওমত্রমালে কপথরে।

ওনথোকপনি, কদাইদগী লাক্লিবা রাখলনো। ওসি চহি ৮০ রোম হায়রক্লবা মতমসিদা। মুমিৎতুদা কিরম্বা খুদোপ, অভা অইবি-ভৈদা পীখিবনি। চম্নবা রাখলনা, থম্মোই শেংনা মতে পাখিবনি। মহাকপু ভাইবদা লৈকাই মীনোক চংশ্রবনি। ইনথৎলকপগী লম যৌনা ফজবগী থাক হন্থব্রবা মতুংদা কৈদৌকগবনো হায়বা রাখলনা এমগা অহলশিংগী য়াথং ইনথরর্বনি।

লুহোংলবা মতুং চহি অহুমগী মতুংদা নোংমা ঝুলোন ঈশৈদা উথিবহুনি! মহাক্তি নিপানি, থোইনা শকফম কাইখিদে। মহৌশাগী ফজবা করিমত্তা হন্থরমদবা, মহাক্কী গপ গপ খোম্থা, মহুস্থ হোংলম ত্রি। উবদা খোইরাংখি। মতমত্থ যমুনাদি অভাং অনি শুখরর্বনি। মুমিৎতু মহাক ঈশৈ হন্বীগী ৪শুবদা ফমখিবনি। নিপাগী নাকললোমদা।

নে তাত্রবা রাখলনা ময়াম মরি মরি থোরবপদা, যমুনা তুং ইথং থংখি।

কনানো অমনা থওহৌদনা, নাকল ওইরপনা হায়রকই :– "যমুনা নংগী পুন্সি হোংলমলেনা"।

যমুনা হনগৎনা য়েংখি। মিৎফম পাক হোংদোকপা ওমখিদে। বা ভাংজবা ওমদবগুম তুমিন লেপলি।

অমুকস্থ নিপাত্থনা হায়রকই:— "যমুনা, নংগী খুদোপসিনা, ঐগী পুন্সিদা কয়াদা মায় পাকশ্রবা। অত্থবুনে, ওসিদি নংগী ফিজিদা কিশ্রবনি। মুমিৎ খুদিং পুত্থনা চৎপদা, মাংগবরা হায়ত্থনা ঐ, কয়াদা বাজবা। ওসিদি, অরাবশিংত্থ কোক্লে।

চহি মঙাগী মতুংদা নংগা ঙসি থেংনরে। যমুনা, পুন্সিসে হৌ-জিক্তি, কয়াদা মুংঙাইরবা। ঐনা থোদাগদবা মী কয়া, ঐগী ইথাদা লৈরেদো। খুদোপসিগীদমক ঐনা ৱাবনি। ঙসিদি, মীৎকুপসিদা পুন্নমক কোক্লেদো। অমুকন্সু হাইরকই, পুন্নমক কোক্লে।

অদুবু, হিংনবগী পুন্সিদা, আশা কয়া শাগৎশ্রবা ৱাথল অকুম্লি কাইখরে। ইপাং মাওদা হিংবা তারে। নাইতোম তাৱবা পুন্সিসে মুংঙাইবদি নত্তেকো। যমুনা নং ঐবুদি নিংশিংলিকো"।

যমুনা, শকফমদু য়েংবদি ঙমদা, ঊশৈ শকপগী ফি-ৱোল হাপ-লিবা থাও অদুদা নাল্লগা তপ্না হায়রকই— প্রেম ঐবু লাম্না লৌগন্নু। চহি কয়া নংবু ঙাইরম্বনি। মিৎকী পিদু লৈমায় থক্তা পোপ পোপ তারি।

লোইনবী ময়াম্না কৌরকই— "যমুনা, হো যমুনা নং নথন্তা তাজহৌনি। লাকও লাকও"।

যমুনা ফিংলপ্না হায়রকই— প্রেম সে, পুদোপসে নংগী ননাক্তা অতুম থম্লো। ঐনি খনবিয়ু। মসে ঐঙোন্দা অমুক খমফম লৈতরে। মসিনা নংগী পুন্সিদা, মাই পাক্লিবা মখৈ, ঐনা নংবু মুংশিজবা, নিং-জবা পুন্নমক কাওদরি নিংশিংবয়ু। স্বর অমা শাংনা হোল্লগা, তিন-য়োৎথরগা মমায় খজিক য়েংখৎলগা অমুকন্সু হায়রকই— প্রেম, ঐনা নংবু, খনদে হায়নদি খনগন্নু। ৱারী কয়া শাজনিংখিবনি। অদুবু তপ্না অদু অমুক্তন্সু ফংখিদে।

প্রেম ।ঐ চৎলে।

যমুনা, খজিক য়েংলম্নগা, খোঙথাং কম্না থাংলদুনা চৎখি। প্রেম লেপ্লি তুমিন। খুদোপতু মুম্না য়েংলগা কম্না পাইশিনখি। নিংশিং-লকই অদুঙৈ, —"প্রেম চৎখিগ্নবা। মকমসিদা অমুমক অৱা মুংঙাই লেনমিন্নসি। মকমন্সু খঙদবা, অদুগা কদাই করি তৌগনি-ন্সু, খঙদবা। পলেপকম খঙদনা অমুম পঙচৎতা চৎলবদি, করি কান্নিনি। মীনা নংবু ঙাওরে হায়জনি।

প্রেম, মোক্লিংবা অমগা লোইননা, যমুনাগী মকোক্তা মুংশিনা নানবিরগা হায়খিবা।

প্রেম— "ঐদি তশেংনা ঙাওবস্থ নত্তনা। মীনা ঙাংনজবরবস্থ, ঐনা ঐগী ইথৌ কাওব্রগা লোযরেদনা। ঙক্সি, হয়েং, মঙানি তরানি, নত্তে থা অমা কোয়না চৎলবস্থ, নোংমদি ঐগী পলেপফমছু শোই-দনা লাকনিদনা।

মফমছুদা ঐনা, ঐগা চান্নগদবা থবক থিগনি। যমুনা, করিগুম্বা থবকতুদা ঐনা মায় পাকপা থোক্রবাদি, মীনা শকথঙ, মাইথঙবা হায়রব ছুমদি ঐদি শোয়দনা ওইনবা হোৎনগনি।

মতমছুদা নং, হৌজিক স্থ শিরিবসিদগী শরুক কযা হেল্লকনি-কো। হায়ফেৎ য়েংথরগা অমুকস্থ হাযখি—মুংশিবোইদ্রনে" ?

যমুনা মাগী মকোক্তা নানবিরগা প্রেমগী মথুৎতু কনথৎলগা হায়খি— "মুংশিরোই"।

প্রেম— যমুনা ফাগী তৌবনি: নং শাওরবরা? শাওদ্র মুং-ঙাইতে। য়েংঙোই ঐগী কনাস্থ লৈত্রবা মঙাল চৎলব থাঙপোকতু মতোমতা লৈরম্নগনি।

ঐ চৎলগে। সে, অমুক্তুং যেৎখৎলবউ। যমুনা তুমিন লেপলি। মনাক্তা শাৎলিবা গুলাপলৈ হেকলগা, মরম লেতা শগাইরগা লৈমায় থক্তা থাদবা হৌবক্লে।

উরগা প্রেম, হায়কম খঙদনা খোইরাংখি। খোং থাংগে থল্লম-বনি, অন্থবু থাবস্থ ঙমদা, মাস্থ তুমিন লেপলি।

তারমদাই মুমিৎকী মেংলবা মঙালনা, মথোয় অনিগী মাইথো বু তমলকখি। করিগুম্বদস্থ অহাংবা অতিয়াদা পাইরক্লিবা লৈচিন-নোং-কাইনা, ইংনা মেংলব মঙালবু অমুক অমুক কুপশিনখি। মুমিদাংবাই-রমগী মলয়া মুংশিংনা লিরি লিরি ছুমলকখি। নোম নোম হাই-ছুমখি, অনকপদা লৈরিবা, লৈ গু হৈপাল-লৈপাল উরি-রাম্নি থিক্লিক্লা।

অমনা অমদা অমুক ঙাংবা শকপা তৌনখিদ্রে। মকোন খা-দোকতুনা পাইরুবা চেক্লাশিং, মকোন তম্না পাইনরক্লে। অমকপা উপাল অমদগী উথুম অমনা খোংলকখি "তুম তুম"।

অনিমক মিংকপ খোকপগুম তৌখিবরা তথক তথকখি। বাখোং লোনথরবা কোরৌগী মঙাল মাম শামলকই।

প্রেম— যমুনা করি থল্লি।

মাইথোংথু হাইগৎলকপদি তৌদে হায়রকই— "মতম্না পুরকপা থৌদোকশিং করি করম্থা ওইরক্কদগে থল্লিবনি"।

প্রেম— "করিনো যমুনা, ভূংগী বাবু নংনা খঙবা ঙমবরা। মথুদি ঈশ্বর মাংনা খঙলমগদরা। মথুমু ঐাদ হায়বা ঙমদে। খাঙগ-দবা নংনা খাঙলগা, নিংগদবা অমবু নিংলগা লোইরে। মসিদবু কনানা বিচার তৌবিরনি। ঙাইবিগদবা নংনা, ঙাইবিরগা লোইরে"

যমুনা থম্মোই মু শুক মুংজন্না, হিক-হৈনা হায়রকই— "অথুবু প্রেম, লেপকদবা ঐনা লেপলিঙৈ করিগুম্বদা ইচেলগী অকনবা শাফু-না যেররদা খোংকম লেংদবা ঙমলোইনে"।

অমুকম্থু শজিবুগী অকনবা মুংশিংনা থুমলকলবদি করম খাঙগনি ইতোমতা। নাক-মেৎ, মাং-তুং ঙাকপি-শেনবিরনি কনানা, পুম্নমক্কা ঐবু তমলকলবদা।

বাথু তাবদা প্রেম খুমফম লৈতবগুম তৌখি। অথুমকপু তপ্না হায়রকই—"যমুনা অথুগুম্বা তমখিবা মতমথু অমুক লাক্কবা ওইসথু। করমদি তৌনি, উপাই করিদি লৈরি। মথু চেনবা জিবশিংদগী নশাবু ঙাকচবদি নংগী মথৌনি। মথু ঙাকথোকপসু তাবনি। ঐদি পুন্সিগী তঙ্ তাবা ফিরেপ অমা থঙত্রবদি মাম্না মুংঙাইরোইদ্রোরি। ফিরেপ অথু শেম্বদা নংবু চেন্নবসু পামদে। নংবু হেক ইনাক নকল্লুবদা পুন্সি-গী ইথৌশিং কাওখিগদবগুম তৌরকদবা মাল্লি।

অমরোমদনা, নংবু থাদোকপসু লুনা খোক্কদোরি! যমুনা নংগী

নিংঙোল কাহুদা অবাবা থম্না থাঙলম্মু। থংঙু ঐগী থম্মোইদি লোংদবনি"।

ঙিংলপা অমুকন্তু হায়রকই - নত্তে যমুনা, ঐদি নিপানি। হুমিৎ অসি মমশিল্লকলে। নংবু করিনি হায়থিনি। নঙোন্দা লৈকাই মীনোক চংবন্তু ঐদি পামদে। নত্তে নংবু কপলিবরা ? যমুনা পুন্সিবু করিগী অহুক লুনা থল্লুরি।

"চংলো যমুনা চংলো"।

যমুনা মমায় খজিক হায়গৎলকই হায়রকই— "প্রেম, সে লৌ খুদোপসে। নংগী পুন্সিদা কান্নগদবা লৈরবদি মসি অহুম শিজিন্নৌ। ঐ চংগ্রগে।

প্রেম পুম্নমক মিৎতা শং-শং উবকই। তারকই নাকোংদা মাগী হিক-হৈনা ঙাংথিবা খোঞ্জেলহু।

"লাই লোইশিল্লকপগী, কাংসি মখোল তাবদা মানদোপকী মচি অমদা লেপলিবা প্রেম, মিৎকপ থঙথোক থোরকই।

কোইনা অমুক্তং য়েংলকই, মী ইতাক তাক্লগী। পাইবিবা খুদোপতু নিংশিংলকই। তরাহুমদোইনি থাজগী মঙালদা, কনাবু লোইনবা তৌদনা প্রেম, মতোমতা মযুম হনজাখ"।

মমৌ অহু করিবু থল্লবনো থঙদে, মনেমগী মনাক্তা লেপলি।

মনেমগী, অহাংবা মালংদা য়েংবা অহু উবদা, করিস্তু হায়জবা ঙমথিদে। অমুকস্তু অতৎপা লৈতনা শিনথরকইবা পিরাংহু, তৈ-থোকপস্তু তৌদে। খুইরবা পাম্বোম অনিহু তমপাকতুদা থমলি।

মতৌ য়েংবা ঙমক্রমালে, মমৌহুপীনা মনেমগী মনাক্তা ফমথ-রগা হায়রকই— "অবোকবেম্মা, হুমিৎ অসি ফনা থেংলে"।

মনেম অহু তাদবগুম তৌই। অমুকস্তু হকচাংহুবু লোমবোই-করিবোই তৌরগা হায়রকই— "অবোকবেম্মা করিবু য়েংবিরিবনো ? মতমসে য়ায়া থেংলে। হকচাংগা ঙমদবদি নত্তেকো"।

ভাব খজিক লাকপগুম চৌথি। মরিং মিংথম হোংথি। মম অমা শাংনা হোল্লকই। খুইরবা পাম্বোমছু থাংগৎতুনা, খুইরবা মাইছু কাথক নানথি। মমৌচুপীগী মমাংদা, ইকাইবা খজিক পোকই।

যমুনা— ছুপীমচা, চংলো চাক্কা থিরম্মো। ইনেম লাকলগে ইবেমা।

ভসিদ করিনো, ঐবু কদাইদগী বাথলনা ওপ্পাক্রা য়াম্না কপ-হনথরে।

মমৌনা ইকোই কাইদনা হাইরকই — "অবোকবেমা, ইকু-'বুংভোবু নিংশিংলুবরা" ?

মনমচু তৌফম খঙথিদে। অশেংবা মপুরোইবদা পাপ লাঙজবা ওইনা খংগদারা হায়না খল্লকই। অদুবকপু থনজ্ঞাননা খুমলকইঃ— "হোইনে নিংশিংলকইনে"।

মমৌনা খজিক নোক্লগা মরম খঙ্ননা হায়রকই — অবোক বেমা, হন্দক্তী ইকু'বুঙোগী শাক্লিবা চহিগী মিনশিনা থবা চাওনা কৎ-কনি হায়। করিগী নাগী মমাংদা পঙচোপ চোপ্পা য়াবরা, ঐথোয় লৈরিসিদি।

মমৌগী বাহু তাবদা ছুংঙাই। য়ানশিন্নরবা অনিগী বাথলনা খম্মোন্ট মাস্থ তৌফম খঙদনা, মদোম তুমিন থাঙজথি।

মমৌ— অবোকবেমা, নিংথিনা ভাব কাবিরবা নত্রা ?

হোয়এন, নিংথিনা তারে, মমেম্মা খুমলকই।

অবোকবেমা, সোমদা লাকপিরো, ঈশিংগা লোইনা ইংলমলগনি।

অহল ওইরবী যমুনা তপ্পা তপ্পা মমৌছুপীগী মতুং ইনহুনা অহু-ভৈগী কংহৌরবা "মৈরিছু" নিংশিংহুনা লৈথি।